***Received Publication grant***
***Vide C. C's. order No. 31 2/65-SE dt 29. 3. 68.***

# লোয়রান লমজা

## সমাজিক

### মণিপুরী ড্রামা

**Original, not compitation & translation**

লেংজবা :—
**শ্রীএস. লালবাবু সিংহ**

মমল—রুপা ২'৫০

অফোঙবা :—

অরেংবা মী




১বা ফোঙবা :— কোপী ৭০০,

খৃঃ ১৯৬৮



নম্ফম :— ডি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস,
পাওনা রোড, ইম্ফাল।



# ৱাহৌদোক





হৌজিক ভারত-ব.সী ঐখোয় নীংতম্বা জ-তি অমা ওইরে। মহাত্মা গান্ধীগী গান্ধাক্ত-মগী মত্তাম্না ধর্ম্ম তোঙ্তাম্না চৎলবা ভারতকী প্রজা কাঙলূপ পূম্বনা পোকমিন্নবা ইচীল-ইনা-র্থঙ্ম্না চান্নবা পানমিন্নজনা ভারত-মাতাবু মপূং কানা চাওখৎনবা হোৎনরি। মহাত্মা গান্ধী-জীবু অনৌবা ভারতকী ইপা হায়না ভারত-বাসীশিংনা কৌনম্বিবা অসি অতৈদগী নত্তে; লোল অমসুং সংস্কৃতি তোঙাল্লবা ভারত-কী জাতি কাডলূপশিংবু অমত্তা ওইনা পূল-হনবা ঙম্বা বাথ-গী শক্তিবু লমজিংবিবা মরমননি।

অসিগুম্লবা মতম অসিদা ভারত-বাসী মণিপুরী মচাশিংগী মরক্তা ধর্ম্ম খেন্নবগী তিন্ননীংদবা ৱাখল অসি মরু ফংনা কোকহনবা ঙমদ্রি। মীখোই-মীহেন্নীংবগী লায়না (superiority complex) না নাত্তনা 'ঐখোয়না মহেল্লে' হায়বা ৱাখল অয়াম্বনা থল্লি। মসি ফত্তে। অশেং-অমাংগী খেন্নবদি মপা-ম্পাংগী শকফম য়েংলগদা খায়গদবা নত্তে।

অসিগুম্লবা অমাং-অশেংগী অকুপ্পা মরোল, মীওইবা সমাজগী চৎনরিবা ফ-ফত্ত লোনচৎ-শাজৎশিং, মীওইনা হিংবদা চঙলিবা চাওখৎপগী থৌরম-ং, নীংতম্বা অমসুং মীথা পোনবগী খেন্নবা ৱাখল অমসুং থৌরমগী শক্তিশিং, ান্ধীজমগী নীতি অমসুং মীওইবা সমাজনা খঙদবা য়াত্রবা হীরম কয়ামুক ায়বা লোন্দা প্রেম-রস হাপ্তুনা 'লোয়রান লমজা' হায়বা সমাজিক ণিপুরী ড্রামা মচা অসি ইজরি। মসিগী প্রেম-রসপু পাবিরবা, তাবিরবা মসুং উবিরবশিংনা মতিক চাবা ভারতকী নাগরিকশিং ওইবিজনা থুগায়বা মদ্রবা অপূনবা ভারত-জাতি অমা শেম্নবগী পাঙল-শক্তি অমসুং উৎসাহ ংবিবা ঙম্বিনবা আশা তৌজরি।

শ্রীএস, লালবাবু সিংহ
তাং ২২।৮।৬৬ ইং

---

# লোয়রান লমজ

## ১বা শরুক

## ১বা উৎপা

## কোনুংগী লৈকোল

## (১—১)

(য়ুথংস হেক হাঙ্ডোকপদা মুপী অমনা হায়মনিয়ম খোংহুনা ঈশৈ শক্তুনা লৈরমই। মহাক্কী ঈশৈ তাবদা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা ভারত-মাতানা পোকপিবা চান্নরবা মচা ওাক্লি থন্দুনা ইরৈবাক-ইজাতিগী চাওখৎ ল্লাথল থলহনগনি।)

ঈশৈ শকপী :— ঈশৈ

পীনবিয়ু ইমা জননী ভারত-মাতা,
পোকচগে মপোক খুদিং নচা ওইনা,
পীনবিয়ু ইমা।

ঋতু তকক্লা তত্তনা খোঁগল্লিবী,
অশংবা ফিজেৎ খাংদা খোল্লিবী,

কোক্লা অঙৌবা কিরিতি ( কিরীট ) উপ্লিবী,
পুকচেল তপ্লবী, ব্রাত্ত-পাদবী,
হে ইমা! ভারত মাতা!
পোকচগে মপোক খুদিং নচা ওইনা
পীনবিয়ু ইমা।

গঙ্গা, যমুনা, সিন্ধু, ব্রহ্মপুত্র,
গোদাবরি, কৃষ্ণ, নর্ম্মদা, তাপ্তি
তুরেলশিংনা য়েল্লি অমৃত লাইজ
থেক্লা খোয়না চেন্দুনা শীন্থুংনা।

হে ইমা! ভারত-মাতা জননী,
শান্তি ভূমি পুকচেল তপ্লবী,
অহিংসা নীতি পামজবী পলেম,
লিংজেল মাল্লজগে নচা ঐখোয়,
পোকচগে মপোক খুদিং নচা ওইনা
পীনবিয়ু ইমা।

ইমা! হে ভারত-মাতা জননী!
পোকহনবিয়ু মপোক খুদিং নচা ওইনা,
পীনবিয়ু ইমা।

# কোনুংগী লৈকোল অদুমক

## মতম নুংথিল

রাণী :— ( অতপ্পী খোঙথাংনা চীংলেম্না চঙলকই ) মতম চপ চারে। অদুবু, মহাক্কি লাকত্রি। আ—কয়া কুইনা মাবু ঙাইখিনি। অদুগা, ঐনা লৈরিবা অসি অঙম অথৌ কনাস্মু উদেকো। ( কোয়েং য়েংই )

এ:, আদা লাক্লিবা অসি মহাক্কি। ( হরাওই ) ফরে, য়াম্না তান চানরে।

সেনাপতি :—( চঙলক্তুনা ভক্তি তৌই ) মহারাণী ইবেম্মা। আ—কয়া কুইনা ঙাইবিরম্লবগে ?

রাণী :— ( হরাও মীনোক্লা ) হা: হা: সেনাপতি। ঐহাক থোইনা কুইরমত্রি। অদুবু, চহি কুম্নাং ফাবগুমই।

সেনাপতি :— হা: হা:, হৌনশানি মহারাণী। ফংনীংবা পোৎ, উনীংবা শকফম, হা: হা:, ঙাইগমদবনি। অদুগা, ফংলবদি মহা অমৃতনি।

রাণী :— হা: হা:, অদুম তৌবরা সেনাপতি ?

সেনাপতি :— হা: হা:, অওইবমক্কি মহারাণী।

রাণী :— ফরে অদুদি, ইবাইনি অস্নম্না পঙকুই কুইনা লৈথোক-পা য়াদে। কনাগুম্বনা উখি খঙখিদ্রবনা শ্রীবুংকী নাপ য়ৌরবদি, ইস:, লৈবাক রাথোক ওইগনি।

সেনাপতি :— অহুদি, ননাইবু করি তৌজৌ হায়বা ? রাখং তাকপিরো।

রাণী :— সেনাপতি, নংস্থ অহুক খমু। মহারাজদি হৌজিক অহল ওইশিল্লক্রে। পণ্ডকুই কুইনা রাজ-সিংহাসন কাখিনি হায়বা থাজদ্রে। আ, চহি মরি-মণ্ডা অসিগী মনুংদা শ্রীযুৎ থুপখিহুনা রাজ-সিংহাসন অসি হাণ্ডলরগনি হায়না খল্লি।

সেনাপতি :— অচুম্বমক্লি মহারাণী, অচুম্বমক্লি। মতম অহুদা, আ—

রাণী— মতম অহুদদি, মমা শিগ্রবা যুবরাজ অসিনা শোয়দনা রাজ-সিংহাসন কাখিগনি। অহুগা, ঐনা পোকচরিবা ইচা অসিনা কান্থথাণ্ড ওইনা অরেম্বদা লৈরগনি। নত্রনে সেনা-পতি ?

সেনাপতি :— চুমই। তাকপীরিবা অহুমক শোয়দ্রবনি।

রাণী :— ( নীংণ্ডমদহুনা ) মসিদা ! আ—ঐগী ইচা অসিনা চহি ১০ দংগী অণ্ডাং ওইখিবা অসিদা, ঐণ্ডোন্দা ওম্বোক্লা লুনা থোকখ্রে। খরখিং চাউরম্লবদি লায়গদৌবনি। অহুনা, ঐগী উপায় লৈখিদ্রে।

সেনাপতি :— ননাই সেনাপতি লৈজরি। করি তৌজৌ হায়রগে ? পাণ্ডথোকচগে।

রাণী :— ( হরাওনা ) অহুদি, নহাক্কী নচা ইবেম্মা, চহি ৫ রোম শুরবী রূপবতিবু ওসিদগী হৌরহুনা ইচা চন্দ্রসেনগী ইমৌ ওইরবনি।

সেনাপতি :— ( হয়াওনা ) হাঃ হাঃ, মহারাণী। ইচাগী মরাইবক কবনি। চরৈ ফিগাও শানা নয়াথং য়াজরি।

রাণী :— ( কল্লক শীংহনা ) অহুদি, ঐনা পোক্কম বীরসিংহ যুবরাজবু মাওননবা শীনগদৌবনি। ( মখোল পিকশিন্না ) অহুগা য়েঙেঙায়, রাকমসি কনাগুম্বা জীব অমা কাওবা তাহনবা য়াদেকো।

( ফিমুংদগী ছুরি শন্থুনা ) ঐনা থাও চিক্কুনা রাশক্লি। মহারাজনা হেক থুপখিবদা ইচানা নিংথৌ ওইবা ফংলবদি, নচাবু হৈথরায়না ভাবী ইমৌ, রাণী শোয়দনা হাপকনি। সে, নংসু রাশকউ। ( থাও পীরে )

সেনাপতি :— ( থাও লৌরগা ) ননাই শকচগে, রাশকচগে। রাণীগী নীংবা থুংনবা হোৎনবদা, ননাই সেনাপতিশু খুবৈ অমত্তা নীংহয়রোই, চেপ্তরোই। ঐ থাও চিক্লবনি, থাওনা শাক্কীনি। ( ময়াদা থাও চিক্লে )

হাঃ হাঃ হাঃ, চিংনবিগনু। ননাই ঐ লেপচরি। থাও অসি লৌশিনবিরো।

রাণী :— ( হয়াওনা ) হাঃ হাঃ, পেল্লে সেনাপতি। ঐ থাজরে। অহুদি, লৌশিং অমা তৌহনা যুবরাজবু হৌজিকমক মফম অসিদা থারকউ। ঐনা মাগা রারী শারিবৈদা নংনা মহা-রাজগা লোয়ননা মফম অসিদা থুনা লাকউ।

য়েঙেঙায়, ( মখোল পিকশিন্না ) ঐবু মাগী মুপী ওইগে, ঐনা য়াদে। অমুম্না মরাল পীশিন্দুনা মাবু মাও-ননবা হোৎনগদৌবনি। ভাব তারব্রা সেনাপতি?

সেনাপতি :— ( ওকচাননা য়েংহুনা ) আম, আ—মহুদা ( রাখল খল্লি )

রাণী :— ( মতৌ উবদা নোক্কুনা ) হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ, পঙবেদা নংসিদি সেনাপতি। নিপা মথোয়গী মৃত্যু, মুপী ঐথোয়নিনে। মৃত্যুনা মৃত্যুগী থবক তৌবা অরুবা থবক নত্তেনে।

য়েঙঙাই, ঐগী ফোরোইদা মইল্লু। শোয়দনা থবক পাঙথোক্কনি। ( মুন্না য়েংই )

সেনাপতি :— ( ওকচাননা নোক্কুনা ) হাঃ হাঃ, থগজরে মহারাণী। মঙ্গল ওইগনি নীংজৈ।

রাণী :— ( হরাওনা ) অহুদি, নহাক্কী নপাক্কল হাপিগে। ঐস্মু নংগী লোয়নবী ওইরগনি। লৌ, সে ঐগী মুংশি খুদোল।

( মখুৎ য়েং থাক্কৎলকই )

সেনাপতি :— ( মখুৎ পায়হুনা মিৎচাননা মুংশি-মিৎয়েং য়েংনহুনা ) লৌজরে, কংজরে নহাক্কী মুংশি-খুদোল। তৎন-থানদবা ওইসি।

রাণী :— হাঃ হাঃ, কায়নগুমসি। ( মখুৎ থাদোক্করে )

অহুগা চেকশিল্লু। থবক পাঙথোকত্রিবৈদা মী থগথিলাকথিনি। চৎলো, হৌজিকমক যুবরাজবু 'সিদা থারকউ। অহুগা, নংনা মহারাজগা মতম চানা থুংলরাও।

সেনাপতি :— থগজরে থবক পূম্নমক শীজরক্লগে। ( চৎখ্রে )

রাণী :— তস। ঐনা থাকপা লাং মাস্মু থুরে। যুবরাজদা

মণ্ডায়রে হৌজিক য়াৎলিবা। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ।

মহাক শোয়দনা থুংলরনি। ঐনা লৌনম-লাং থাকনি। হুম, মী তাখিনি। অদুদি— ( ভাইহাক য়াথল খল্লি )

( হৌজিক লাকপা উরদুনা ) এঃ, হায়না হায়না মহাক হৌজিক লাক্লে। চীনবান্দা লাংবন খোহি, পুক্নুংদা হু, থবক শোয়দনা পাঙথোকপা। ( শকক্ম হুক্লিন্দুনা চীং লেম্না লৈরে )

যুবরাজ :— ( চঙলক্তুনা ভক্তি তৌনা ) ইমা ইবেম্মা, নচা থুরু-মজরি। সনা য়াথং করি তাকপিগদৌবা লৈবিবগে ?

রাণী :— ( হরাওশিন্নরা ) যুবরাজ, ইমানা নংবু খৌরাংনা ভাই-রম্মি। নংগী নফমদগী ইমানা করিগুম্বা পোৎশক খরদং পামলি। অদুবু—

যুবরাজ :— হায়বিয়ু, চিংনবা লৈতনা তাকপিয়ু। নচাবু করি তৌজো হায়বগে ? পাঙথোকচগে।

রাণী :— অদুদা— ( হায়ভমদবা শকতম্না কোয়েং য়েংই। মহা-রাজনা সেনাপতিগা লেঙলকপা উবদা নোকশিন্নদুনা )

হাঃ হাঃ, হায়রগে। চিংনবা লৈতনা ইমা হায়দোক্লগে।

যুবরাজ :— তাকপিয়ু ইমা নচাদা।

রাণী :— ইমানা য়াম্না পামজরিবা, হায়বদি— আশা তৌরিবা অসিগী প্রমাণ, ইমাগী খুত্তা পাররিবা অসি য়েংলগা খঙগনি। সে, মসি করিনো য়েংউ। ( মথুং থাজত্তুনা খুহুম উৎলি )

যুবরাজ :— থুং হাংদোকপিয়ু। মহুদি উবা কংজদ্রে।

রাণী :— নং হাংদোক্তুনা য়েংউ। চিংনগন্নু। ( যুবরাজনা চিংনবা উবদা ) করিগী অহুক চিংনরিবগে ? অপোকপী নমা নত্তে খন্দুনা প্রেম রাংপরা ?

( লাকম্নিরিবা সেনাপতিনা লাপলপ্না লৈহুনা মহারাজদা নত্ত-নত্তবা হায়জিন্দুনা তৌনরিবা দৃশ্য অহু য়েংহল্লি। উবদদি হায়জিল্লিবা অহু নাতে ইচা হেক মচানরি। )

যুবরাজ :— খঞ্জদে, নচাদি থক খঞ্জদে। অহুদা— ( মচীন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা ঙাইহাক লৈরুরগা মখোল থোক্লা অমুক শোঙ্গে। )

করিনো, অপোকপী নমা নত্তে হায়বা।

রাণী :— ( থাঙ্গৎলিবা মথুং ওয় অহুনা যুবরাজগী মথুং য়েং তাপ ফারহুনা ) করি। পুকচেল ফত্রবা। অপোকপী নম্না নত্তে হায়হুনা উশিত্তবা।

( মথুং য়েংনা যুবরাজগী মখজাইদা থুবাক্ল! শেং শেং কন্না থাবিরে। ) খঙলত্রা। অপোকপী নমা নত্তে খন্দুনা উশিত্তবা। ( যুবরাজ জ্ঞান চমমনগ্রে।)

( তাঞ্জা অসিমক্তদা সেনাপতিনা মাঙ থাহুনা মহারাজ থুনা চঙশিল্লকই। )

নিংথৌ :— ( শাউনা ) ঙাইখো রাণী। তপথখো। নচানা নঙোন্দা করি হায়রিবা ? অহুক তমউ।

রাণী :— ( য়াম্না শাউনা ) মহারাজ। মমা-মপা মশক খঙদ্রবা লমজা-শরা অসিনা।

যুবরাজ :— ( কপ্তুনা মপাবুং মহারাজবু ভক্তি তৌনা ককঙাও-ননা ) পাবুং মহারাজ। নচা করিস্নু হায়জদে। নচা জ্ঞান তাজদ্রে। ঙাওরে। মঙনি। তাইবং নত্তে মঙনি। ইতুম তুমদনা ঐ মঙ মঙলি।

( মখোল থোক্না কপ্তুনা মপাবুংগী মখোঙ কোল্লে। )

সেনাপতি :— ( করেম্নবা কল্লক শীংবা ব্লাঙাঙনা )

হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ! কপকনু যুবরাজ! নিপা মচানবু কপ্পা হৌনব্রা! মুপী মানগ্রেদা! করিগী অদুক য়ম্লি। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ!

নমা ইবেম্মমা হারাণীদা করিগী য়েংহৈদবা মিৎয়েংনা য়েংলুরি? হা? অপোকপী নত্তে খন্দুনা তৌরিবা নত্রা? হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। হৌজিক্তি হুরা'নবা ফারে। চেনগনু!

( থাঙ শত্তুনা শীংছুনা লৈরে। )

যুবরাজ :— ( ঙক্না অমস্মুং কিনা হৌগৎলকই )

করি হায়বা? নংস্নু! নংস্নু! সেনাপতি! ব্না অদু অমুক হন্না নচীন্দা পনগনু! পাপ পুগনি, হায়হৈদে। মদু হায়হৈদে। বিষ্ণু শোল্লু। নচীন্দা বিষ্ণু শোল্লু! বিষ্ণু বিষ্ণু! কয়া কুইনা ঐ মঙ মঙখিনি! হৌজিক ফাওবা মঙকাওদ্রি! ঙাওরে! ঐ ভাব তাদ্রে!

( মকোক্তা মখুৎ অনি পায়দুনা থাঙই )

সেনাপতি :— ( থাক্না থাক্না নোক্নুনা ) হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ! হাঃ হাঃ ! অহুদি, নংনা করিগী— !

( থাঙ হাপচিনক্লে )

রাণী :— ( য়াম্না শাউনা ) হায় ! অঙাওবা। হৌজিক্তি কিহুনা ঙাওশিন্নরি করিগী ? নিংথৌগী মচানি ! যুবরাজনি ! কামগী ঈখৌ লাংলবস্থ, নশুং-নমান্নবা থন্না লৈরিনা ! ননাই নশল তান্নরগা খুজিল-থৌরাং তৌকৈনা ! অহুদি নল্রহুনা, করিগী নমা ঐবু—!

যুবরাজ :— ( হেন্না ঙক্না ) করি হায়বা ! কামগী ঈখৌ লাংবা। কামগী ঈখৌ !

( মমিৎ-মনা চপ য়ুংনা অঙাওবা রাথন্না ঙক্নুনা লৈ )

হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ! হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ! হাঃ হাঃ হাঃ। থঙলে ! ঐবু মাঙহনগে থন্দুনা মম্রনা তৌবা শরৌ। মহুদা ঐনা থুরবা ! য়ারোই। মহু থক ওইবা য়ারোই। ঐ লান্দে। লাল্লিবদি মথোয়নি ! মথোয়গী লৌনম লাংনি !

সেনাপতি :— ( থাক্না নোক্নুনা ) হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। হায় ! অঙাওবা ! নচীল থীবা শারহুনা অচুম্বা শকে থৌরাংবা। চেনগম্নু মুপা নথোনা উৎলু। হায়। কনা কনা লৈ ? অঙাওবা অসি ফাজিল্লু, কা য়াম্না হেল্লক্লে। কনা লৈ ?

যুবরাজ :— ( থানা য়েংহুনা ) নহাকা লৌতুনহুনা শীনবা শরৌ। মহুগী লমন্দি !

( য়াম্না শাউনা হোৎচিন্দুনা ফুগে তৌই )

সেনাপতি :— ( থাঙ অমুক শত্তুনা ) লাও। নথরায় অহু যমালয়দা থাবিগে !

( তাঙ্গা অসিমক্তদা অকনবা মল অনিথক চোংথোরক্কুনা যুবরাজবু নমহুনা ফারগা মথুং তুংবুম্নে। )

হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। খঙলবরা যুবরাজ ? করি থোকই ? লৈবাক নিংথৌগী কাদা লোয়রং-শীংখোঙ ওইরবা নরাল লৈরবা নংদি নিংথৌ-দণ্ডি ফংবা তারেদো !

নিংথৌ :— ( অঙকপা অমদি অশাওবা শকতম পুক্লনা ঙশাইমথৈদি রা ঙাঙদনা লৈরমই। অসি য়োরক্লবা তাঙ্গাদা রাখল তৌনা তৌনা, খোঞ্জেল তনিক তনিক্লা, মতং মতং ওইবা খোম্থোক্লা হায়রকই। )

আঃ, ইপাগী ইবুংঙো ! যুবরাজ ! নহাক্কী নতৌ অসি, হাঃ হাঃ হাঃ, ইপা ঙক্লা থোকই, ঙক্লা থোকই।

মাম্নি। মঙদা থোক্কদোবা থৌদোকমক্লি। মঙদা ফাওবা থক ওইথোক্লরোইদোবা থৌদোক্লি।

হাঃ হাঃ হাঃ, অচুম্বমক্লা ? চুমই, চুমই। ঐগী ইমিং অসিনা তশেংনা উরবনি। অহুদি, অহুদি— হৌজিক মথা করি

সেনাপতি :— ( মথুং লোম্নহুনা ) মহারাজ। হৌজিক থোইনা মথা তাবিফম থোকত্রমান্নে হায়না ননাই সেনাপতিনা

খঙ্গে। শ্রীযুৎ সনা নোংদম তম্বিরো, মহাকপু মীহাৎশঙদা থুনমক।

রাণী :— মহারাজ। মহাকী মশক অসি অমুক য়েংজনীংত্রে, পাপ লাকপা তারে, থুনমক পুখোকপিগ্রো।ময়ালগী মতিক চাবা দগি—।

নিংথৌ :— করি। মাবু মীহাৎশঙদা। মহাকপু ঐনা অঙাং ওলহনবা, মীহাৎপশিংগী মথুত্তা শিন্নগ্রদোবা—

( মঙল মঙল রাখল খনবা )

যুবরাজ :— ( কপ্পুনা ) পাবুং মহারাজ। নচা শিবা কিজবগী নচ্চদে। অহুবু, ঐগী পুক্নিংগী অচুম্বা রারম খরদংদি তাবিখো। লাঞ্জদবা নচানি, অমুক্তদি সনা বৃদ্ধি তৌবিখো।

রাণী :— ( শাউনা ) করি? লাঞ্জদবা। হা: হা: হা: হা: হা:!

নিংথৌ :— ভাইখো রাণী। মহাকী মরা অহুক তাখিসি। হায়য়ু। ইপাদা ননীং তম্না ফোঙদোকউ। করম তৌবা? নংগী নরা করি?

যুবরাজ :— ( মখোল নিক্না ) হায়রিবা রাশিং অসি মীনম্বা ভাক্নি, মিঠ্যা প্রচারনি। রারমদি অসিনি :—

ইমানা ঐবু থুনা লাকউ হায়না কৌরি হায়তুনা সেনাপতিনা নচাবু কৌরে। ঐহাক থুনা লাক্তনা ইমাগা উনজরে। ঐগী ইফমদগী করিগুম্বা খরদং পামই হায়তুনা ইমানা ভাকপি। করিনো হায়না নচানা হংক্লে। অহুদগী,

মহুগী প্রমাণদি খুত্তা পায়রিবা অসিনি, করিনো য়েংউ হায়না তাকপি। খুং হাংদোকপিয়ু য়েংজগে হায়না নচানা হায়রে, ঐবু হাংদোউ হায়না ইমানা তাকপি। অম্বুমা ঙাঙনরিঙৈদা মফম ঈথঙ থঙহৌদনা ঐগী ইখুং পায়হুনা কারগা থজাইদা ইমানা শেং শেং থাবি। ইমানা মচা ঐবু কুবিবদি, মরম্বু চুম্নবদি ব্রারকপিবনি, শাউজদে। মহুদি নংখিত্রে। করিনো হায়না নচানা ঙক্কুনা লৈরিঙৈ অসি-মক্তদা পাবুং মহারাজগা সেনাপতিগা লেঙবিরক্কুনা মঙ মঙমিন্নজরিবা অসিনি।

রাণী :— ( ঙকশিন্নহুনা য়াম্না শাউনা ) এঃ। করি পাপী। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। কয়াদা মচীল থীগ্রবা। করিগী হৌজিক চেল্লি? হা? মমা ঐগী ইকমদা হৌজিক্তা য়েংহৈদবা মিৎ-য়েং য়েংবা, ঙাঙহৈদবা ব্রাঙাঙ ঙাঙবা, ইশানা য়াত্রবী ঐবু ইখুং পায়হুনা চিংবা। নচত্তুনা নত্রা ঐনা নথজাইদা হৌজিক্তা খুংপাক্লা শেং শেং থাখিবা। কাউরব্রা? হা? মচীল থীবা শারহুনা।

সেনাপতি :— হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। অঙকপনি যুবরাজ নংগী নচীল মথী অসিদি। তুংদা রাজ পদবী ফংলগদোম্বা নংনা অহুক মীনম্বা শাজং চংপা। হাঃ হাঃ।

নত্তে মহারাজ। শ্রীযুৎমক্না সনা মিৎয়েং তাবিরবা অসিমক্তদা, শিবা কিহুনা মহাক মীনম্বা ব্রা ঙাঙলে। মহাকী ম্বরা তাবিক্লরম্নু। থীন্দনা মাবু প্রাণ-দণ্ড।

নিংথৌ :— প্রাণ-দণ্ড। করি, করি, মাবু হাংলগদোবা ( রাখল মণ্ডল মণ্ডল থনবগী শক্তম )

মমানা হায়রে চুমই, মচানা হায়রে চুমলি। কনানো। লাল্লিবদি কনানো। মমা-মচাগী মরক্তা কনানা চুমলি। চুমই ! চুমই। অনিমক চুমই। কনাসু লান্দে। লান্দে ! কনাসু লান্দে ! হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ।

ওমত্রে ! ওমত্রে। ঐ বিচার ওমত্রে। নথোয় লোইনা চুমই। অচুম্বা বিচারগী লংলা লংজিল পুন্নবনি, নিংথৌ ঐনা অয়ানবনি ! নৈরোই। ঐ ইথক্তা শিরগনি। বিচারগী লংলা-লংজিন পুথোকনি।

( নাকন্দা য়াল্লিবা থাও শত্তুনা আত্মাঘাট তৌহুনা শিগে তৌজে। দৃশ্য অছু উবদা মিপাইনব্রে। রাণী-সেনাপতিনা হোৎচিন্দুনা থামই। )

রাণী :— ( মথুত্তগী থাও মুন্দুনা হন্দোকথগা ) মহারাজ। পাপী অসিগী মরমগীদমক করিগী অহুক পুন্নিং তয়াং তশোই-বিবগে। সনা পুন্নিং তপথবিথো। অশাওবা হায়বা অসি মীওইবগী য়েক্লবনি।

সেনাপতি :— মহারাজ। সনা-পুন্নিং তপথবিসি। অচুম্বা লাইগী বিচার মরাইনা লাকচগনি। করিগী অহুক সনা-পুন্নিং তয়াং-তশোইবিবগে।

নিংথৌ :— ( রাখল থম্মরক্তুনা ) থওত্রে সেনাপতি, নিংথৌ ঐ বুদ্ধি চমমখে। আঃ, হে ঈশ্বর ! ইবুংঙো। মহাক্তি জগৎকী

মপুনি। অচুম-অরান পূৰা ইবুংঙো নহাক্তি লোইনা উবি-রিগনি। হায়বিয়ু ইবুংঙো, কনানা চুৰা? কনানা লানবা? ননাইদা অচুৰা ভাকপিয়ু।

( মথুং লোয়হুনা মকোক্তা হাম্লগা কণ্ডুনা ফুরোই ঙামলোই ঙাইহাক কোয়চং চংলে। )

ইবুংঙো! ননাইবু করিগী অম্বক রাহনবিরি। তাহে-ত্রবা রাহৈশিং অসি করিগী ইনাদা ভাহনবিরি। মাঙগী লবীদি শাংহোরে, তুংগী লম্বী তেললে, শিবগী থোঙজিন্দা লেপ্লবা ঐনি। পুক্সিগী লোইরমদাই অসিদা ঐবু ঙহোরা রাঙ তত্বিরমথ্‌বোই। মনাই কররা থাঙসিগে।

অহুগা, অচুম-অরান মশক থঙদনা ইচাবু কররা প্রাণ-দণ্ড পীগনি। ঙম্লোই। মহু ঐ থক তৌবা ঙম্লোই। (কপ্লে)

রাণী:— ( শাউনা ) মহারাজ। অচুৰা রায়েল-শাসন তৌবা নিংথৌগী হৌনবা ধর্ম্মনি, তৌগদৌবা নীতিনি। রাজ-সিংহাসনদা কল্লগা ইচা-মীচা থায়হুনা মীচঙ-শজল নাইবা, ধর্ম্ম নীতি থুগায়বা, নিংথৌগী তৌগদৌবা ধর্ম্ম নত্তে।

( অশাওবা শক্তম পুথোকই )

নিংথৌ:— ( মথোল নিল্লা ) রাণী। তপথথো। থঙই। নংনা হায়রিবা পূৰা নিংথৌ ঐ লোইনা ভাব তাই। কনা অমত্তনা! ঐঙোন্দা রাজনীতি তাকদৌবা নত্তে। অহুদা—

রাণী:— ( শাউনা ) মহারাজ। তাকচবা ইত্তিক লৈতে। কাউধ্র-মাল্লে হায়হুনা অহুক হজচ্চবনি।

নিংথৌ :— হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। অদুদি, ঐহাক নিংথৌনি। উত্তম-পুর দেশকী রাজ চক্রবর্ত্তি রঘুনাথনি। ঐনা কনানস্যু য়েংলোই। লংলা-লংঙ্গল পুন্নবা ব্রাথোক অসিগী অচুম্বা রায়, ঈশ্বর মাগী মফমদা শিন্নরগনি। ঐনা শোয়দনা বিচারগী লম্বী ফাংকনি। ( ময়াম তাবদা ওক্লে )

নখোয় কনাস্যু ঐবু দম তৌগম্যু। ঐ নিংথৌনি। নখোয় কনাগীস্যু নব্রা লৌরোই। তৌগে হায়বা তৌবদা নিংথৌ ঐগী ইনৌংনি!

( ব্রাখল থনবগী শক্তম উংলি। )

( করি হায়রকদগে হায়দুনা ময়াম পুম্বা ওক্লা ভাই-তুনা লৈনরি। তাঞ্জা অদুমক্তদা নিংথৌনা কপ্তুনা মচা য়েংতুনা হায়রকই। )

ইপাগী ইবুংঙো। মপা নীংলবা ধ্রুবনা মপাগী নীংবা থুংনবা মপুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচার্য্য ব্রত তৌখি। মপাবু লাইগুম্বা থল্লবা শ্রীরামচন্দ্রনা মপাগী ব্রাশক ভাক্লবা চহি ১৪ বন চংখি। অদুগুম্বা গুণনা লৈতেংলবদি, নংস্যু, ইপাগী য়াথং ইল্লু। ইপানা নংবু দণ্ডি পীবা তারে।

যুবরাজ :— ( কপ্তুনা ) পাবুং মহারাজ। ইপাগী নীংবা থুংবি-নবা, নচাবু হাংনবা য়াথং পীনবিরো। নচাদি লাঞ্জদে। অদুবু, লৈবাক-ব্রাথোক ওইনরবা নচা ঐহাক, ভাইবং মীয়মলেন্দা হিংদুনা অমুক পাঞ্জনীংদ্রে।

নিংথৌ :— হুম, নত্তে ইবুংঙো। নং হৌজিক শিবা য়াদ্রি। ঐনা নংবু হাৎপা ঙমলোই। ঐ নপানি, অমরোমদসু নিংথৌ-নি। নিংথৌ ঐগী বিচার অসি নং শোয়দনা ইনগদৌবনি।

( নীংঙমদবা শক্তম পুথোকই )

নং, ঙসিদগী হৌনা, অমাংবা হরিজনশিংগী মরক্তা লোই থারবনি। রাজবংসগী য়েক-শলাই-শাগে, নঙোন্দা অমুক ইপানা পীররোই। মতম কয়া কুইনা, ঈশ্বরনা নহাকপু লৌখৎপীদ্রিবা ফাওবা। অদুগা, করিগুম্বা নরাজ চপ চানা লৈরম্বা থোক্লবদি, হরিজনলক্তা মপোক অসিমদি অদুম মীরেম ওইনা মাঙজগ্রো। অদুগা, লাল্লমদবা থোক্ল-বদি নহাক অমুক ইপাগী যাগাদা ঙাল্লখো। বর ওই, শাপ ওই, ইপানা নংবু দণ্ডি পীরবনি। নহাক দণ্ডি অসি লৌ। চিংনগনু। ঐবু দষ তৌগনু।

( রাণী-সেনাপতিদি পেন্নদবা শক্তম উংলি )

যুবরাজ :— ( হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা ) পাবুং মহারাজ, নচানা চরৈ ফিগাও শানা ইপাগী য়াথং ইকোক থোংনা য়াজরি। লৌজরগে নচাগী দণ্ডি। অদুদা, পুন্সিগী লোইরমদাইদা, ইপাগী চরন সেবাদি ফংলরোইদকো। মসিদনি নচানা হৌজিক রাজরিবা, অতৈদি করি অমত্তা চিংনজদে। পীন-বিরো নচাগী দণ্ডি।

( শ্রীযুৎ সনা চরনদা খুরুমলকলে )

সেনাপতি :— ( নোক্তুনা করেম্নবা ) হাঃ হাঃ হা: হাঃ। যুবরাজ। নরাইবক ফৈহে মজা ইবুংঙো। যুবরাজ ওইরম্বগী নথল্লায় হাৎপগী দণ্ডিদি শ্রীযুৎনা উচিন্না কনবিরে। অতৈ মীচম ওইরল্লবদি সেনাপতি ঐমক্না য়ারল্লোইদৌবনি।

যুবরাজ :— ( শাউনা ফুক হৌগত্তুনা ) সেনাপতি। তমথীবা। কৃরি ? ঙাঙবা য়াই হায়ত্তুনা নচাল-নরৈ করিগী অহুক হেল্লি ! ইথুৎ তুংবুম্নরমত্রবদি যুবরাজ ইতিক খঙগদৌবনি।

( হোংচিনগে তৌবা )

সেনাপতি :— হাঃ হা: হাঃ হাঃ হা: ! নতিক লৈতবদা অরেম্বদা চোংজবা শারি ! পাম্মুইদা ! নপাঙ্গল অহু। ঈল্লুহে লমহেনবা অসি হরিজন-খুঙ্গং তান্না।

( মল নিপা অনি অহুনা যুবরাজবু ইন্দুনা পুশ্রে। মপা মচা কায়নরমদাইগী দৃশ্য অহু য়েংবদা থম্মোই কায়নবগী মশক্তি। অহুগা, রাণী-সেনাপতিগী দৃশ্য য়েংবদা পেন্নদবনা অউবশিংনা ফুনীংবা পোকই। অহুম্না সেনাপতিগী মমাঙদা যুবরাজ পুশ্রে, অহুগা নিংথৌ-রানীদি য়েংহুনা লৈহৌই। )

---

২শুবা উৎপা

# চীংয়াগী দৃশ্য

## ( ১—২ )

### হরিজন-থুঙ্গৎ

( মুপী অমনা মাঙ থাহুনা ঈশৈ হল্লগা নিপা অহুম্না খুম-হুনা মখোয় পরেং শানা চৎলি। মখোয় চৈরোং, হুমাই, ফৌ-ইন্দোপ অমসুং ফৌবী-থৌরী পায়। মুপীনা সাবিত্রী, নিপা-শিংনা বসন্ত, চন্দ্রসিং অমসুং মাধব কৌই। )

**ঈশৈ**

চৎলু চৎসি নখোয়-ঐখোয়
লৌয়ৈ-খুল্লং য়াঙকৃসি চৎসি,
হোয় হোয়, হোয় হোয় হোয়,
তাইবং-শিম্বা পাঙলুসি চৎসি।

হরি মাগী মচানি তশেংনা,
ঐখোয় হরিজনশিংসে লেপ্পা।
হৈজদে হৈতে লৌথুপ-লোকোই,
তাংজনীংদে মীগী মিপাল তাংজরোই।

মাংই হায়গে হায়সিন্নু কো,
তিন্নরোই হায়'গ্নু তিন্নদসিন্নু নে,
ঐখোয় হরিজনশিং 'সে অমাংবা,
হরি মাগী মচানি অশেংবা,
হোয় হোয়, হোয় হোয় হোয়।

চৎলু চৎসি নখোয়-ঐখোয়,
লৌয়ৈ খুল্লং য়াওরুসি চৎসি।
হোয় হোয়, হোয় হোয় হোয়।

( অসুম্না ঈশৈ শক্ল শক্লহুনা মখোয় খুঙ্গংগী লৌয়ৈ-খুল্লং চৎম্লে। )

# নুমিদাংবাইগী দৃশ্য

( নুমিদাংবাইদা মখুত্তা চৈরোং অমা পায়রহুনা যুবরাজ বীরসিংহ লাকই। মহাক লৌয়ৈ-খুল্লং য়াওরুবদগী হল্লকপনি, থবক শূরুবগী চোকথরবা শক্তম পুরি। )

বীরসিংহ ( যুবরাজ ):— মুংশিদা হরিজন ঐখোয়গী খুঙ্গং, য়েংখি য়েংখিবা খুদিং পুক্লিং হুনবগী মশক্লি। লোইবী চীংগী লোইরোই হাইথরকপা চীংখোঙগা, খুঙ্গংগী তোংলপ তৌবা খুন্দোনগা, অমত্তা ওইনা চীলওরুহুনা তিন্নখি। পাক-চাউরবা

অশুকপা উমং অমস্নুং অশংবা জঙ্গলগী দৃশ্যাবু, সনা মচু মাঙবা অমুনবা কোগী লবুক্লা তেমশীংনহুনা অমুক হেন্না নীংথিজহল্লি। থেক্লা-থোয়না চেল্লিবা তুরেলগী মপান্দা লল্লপ তারিবা হরিজন খুঙ্গংগী লায়র খাংপোক-শগুশিং অসে, মহৌশা লাইরেম্বীগী প্রকৃতি খুৎশেমলক্লা য়েৎন য়েৎননা লৈহুনা, সহরগী মমল য়াম্লবা ফুরা-দলালশিংদগী হেন্না পুক্লিং হুনা নীংথিরি।

( কোয়েং য়েংহুনা ডাইহাক লৈরুরগা )

চহি অমা কারক্লে, ইপা নিংথৌগী সনা-য়াথং ইন্দুনা ঐনা খুন্দারকপা। ( কপই অমস্নুং মপি লৈথোকই। তনিক তনিকপা খোম্থোক্লা ) পাবুং মহারাজ! হন্দকী মপোকী নচানা পাবুংগী সেবা ফংলরোইদকো। নচাবু য়ারৌবিগ-মুকো, নীংগুমখিত্রেদা নচা ওথোক্লা।

(থম্মোই লাকশিনবা ওমলকত্রহুনা হিক্লা কগু্না কমথগ্রে)

সাবিত্রী :— ( বীরসিংহনা কপ্পা হৌরকপা মতাং অম্বাইদা লোই নিঙোল সাবিত্রীসু মখুত্তা হমাই অমা পায়হুনা খুল্লং য়াও-রুবদগী হল্লকপদা থুংলরহুনা তৌরিবা মতৌ অছু উরে। বীরসিংহগী মতৌ উবদা থম্মোই কায়প্রমাল্লে মাসু লোম্না কপচরি। মহাক্লা কমথহুনা কপখ্রবা অহুদা খণ্ডশিন্নদবা শারবী শক্তম পুরহুনা মনাক্তা চণ্ডশিল্লক্তুনা অচিকপা থুগায়হুনা হায়রকই। খোম্থোক অহুনা বীরসিংহবুসু থগৎ-নিপাইবা পোকহল্লি। দৃশ্য অছু য়েংবদা অগুকপনি। )

মচা ইবুংঙো, যুবরাজ। করিনো তৌবিরিবা অসিদি ?
থম্মোই য়াম্না শোক্না উজখে্দা। য়েংবদা ওম্বোক্না রাজখে্।

বীরসিংহ :— ( ফুক হৌগত্তুনা নোকশিন্নরগা ) সাবিত্রী। নহাক কয়া কুইরে ’সি য়ৌরকপা ?

সাবিত্রী :— আ—থোইনা পঙকুই কুইজত্রিয়ে। আ—ঙাইহাক মওইঙরে।

বীরসিংহ :— অদুদি, ( নোকশিন্নদুনা ) হা: হা:, ঐ করি করি ঙাঙখি ? হা ? নহাক তাহৌব্রা ?

সাবিত্রী :—তাজহৌদেয়ে, করি ’মতা হেক শুকতা হেক তাহৌদে। আ—চোইরোল থরদি লোনখিমাল্লে। কপচেৎপা শক্তম অদুদনে ঐনা হেক নীংথিনা উনজরিবদি।

বীরসিংহ :— ঈকাইখে্দা-ঐদি। হা: হা:, সাবিত্রী ; নংনা ঐবু হেক হেক কপচেৎপা হায়বা অসি তোক্লোগবা কৈদৌগে। মতু তাবদা ঐ য়াম্না ঈকাইখে্, থুক্ষম থঙখিদ্রে হায়বা।

সাবিত্রী :— হা: হা:, আ—মতুমদি খঙবিবোইয়ে। অদুদি, নীংশিং নীংশিংদুনা করিগী হেক হেক কপ্পা থেম্বিরিবগে ? আ— হৌঙ্গবা ঙা চাউই হায়বা পাউরৌগাদু থক নীশিংবিদ্র-বরা ? হায়বদি, থোকখ্বা থৌদোক্লি, কপ্পবগী পাঙ্গল ময়েং তানবনি, কাপ্পরোই হায়বা। ঈশ্বর মাগী লিলানি তাইবং সংসার অসে। আ—লাপ্পবরা ঐনা অদুক হঙ্গৎ-চরিবা অসে।

( শাউরপ তৌশিন্নদুনা হন্দোকই )

বীরসিংহ :— চুমই সাবিত্রী। নহাক্কী পাউতাক ঐ ইল্লগে, মতুং থক কপ্লরোই, শোনস্থ শোঞ্জররোই, কান্নদবনি। অদুদা—

সাবিত্রী :— অদুদা হায়বদি কৈদোবা ? করি নীংঙমদ্রিবা ?

বীরসিংহ :— য়েঙেঙায়, ঐনা হায়রকদৌরিবা অসি নং শাউরক-মুকো।

সাবিত্রী :— শাউজরোইনে। হায়বিরো তাজনীংবনা শিগদৌরে।

বীরসিংহ :— আ, নংনা হেক হেক নীংশিংনবা ব্রাঙাঙ তাহন্দুনা, ঐবু হেক হেক কপহল্লিনে। অদুননি ঐনা হেক হেক কপলিবা অসে। খঙলব্রাও ?

সাবিত্রী :— ( অঙকপা অমসুং পেন্নদবা শক্তম্না ) হাইমা। কিদুম কিজরক্লেদা। ঐঙোন্দদুম লোইনা দাহি তাশিনবিরক্লে, ইথক্তা তেকচাক নম্বিরক্লে। আ, থিঙেল তাইনবা ঙমজ-দুনা নাশিখোংদা তাইনৈ হায়বদু তৌরেনকো। চুরাম্থাবনা মচা হাৎলি হায়বদু পাউরৌগা নত্তে চুম্মিদনা 'সিদি। কিদুম কিজরক্লে, থরা থুনা চৎচহৌরগে। থরা কুইথরক্ল-বদি, আ—ইনম কাওবা তৎকদৌরি ঐ।

( শাউদুনা ফেৎ হাইদোক্‌না চৎকে তৌই )

বীরসিংহ :— ( মখুৎ তাপ কারগা ) হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ, ঙাইখো, ঐগী ব্রাদদি তাখোদনা। হায়বদি—চুরাম্থাবগুম্না তমথীবা মীমক্তি নওেদনা ঐ।

সাবিত্রী :— অদুদি, তাকপিরো। অমুক লৌথুপ-কোকোই, প্রমাণ-পাম্বেগা তৌবিরমু। ঐদি য়াম্না পঙঞ্জবীনি, অদুক হাক্লা

ত্মানগা নৈজবী নচ্চদে। আ—ঐনা যুবরাজবু করম্না কপ-হল্লিবা ?

বীরসিংহ :— ইহে, অমুকস্থ হায়রক্লে।

সাবিত্রী :— (ওক্লা) করি তৌরবগে ? সেদা ইখুৎ থাদোকপিরো, চৎচরগে, য়ুমদা ইমানা য়াম্না চৈরম্লগনি।

(নাম্থোক্লুনা চৎকে তৌই)

বীরসিংহ :— থাদোকনি। ঐনা কনাবুস্থ নমজা-নমথেক্লোই। অদুবু, ওাইহাক্তদি পায়জখিগে ঐগী রাসি তাখিনবা।

সাবিত্রী :— অছুদি হায়দোকপিরো। ঐগী ইরাল করি ?

(থাদোক্লরে)

বীরসিংহ :— হায়রগে তারো :—ঐনা নঙোন্দা কয়ারক হায়খে যুবরাজ হায়বা মিংথোল অসি থক পল্লম্থ হায়না, নংনা স্নুকয়া হেক ময়াদে।

(অশাউবা খোম্থোক্লা) যুবরাজ হায়বা মিংথোল অসি ঐগী য়েক্লবনি ! মসিগীদমক্তা নত্রা ! ঐনা লৈবাক রাথোক ওইখিবা, সনা কোম্নুং থাদোরকপা, পাবুং মহারাজ কায়-নরকপা।

(মখুৎ অনিনা মনাকোং মেন্দুনা লাউথুনা কপ্লগা) তাজনীংদ্রে য়েক্লবগী মিংথৈ ! পামজদ্রে রাজপদবী। মতুনা ঐগী থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুমখে, মহু প'নবা লিন্না চিকপগুমখে।

সাবিত্রী :— ( মিপাইহুনা ) হৈমা ! অমুকস্থু কপ্পবা। মহাক্লা য়াদবা ভমথীরবা মিংথৈ অসি, ওসিদমী হৌনা ঐ থাদোক্লগে, অমুক হুম্না পঙ্গরয়োই। মেং, কপ্পমু হায়বা। ঐবু করি কৌ হায়বগে ?

( মরেংবান নোমহুনা হংজৈ ) অমুক্তা তাকপীয়ু। ঐবু করি কৌ হায়বগে কৌরগে হায়বা ?

বীরসিংহ :— ( কপনোক তৌনা ) অহুদি, ঐনা হায়বা ইন্নগদ্রা !

সাবিত্রী :— ( মোমোন তৌনা ) ইগ্নগে। নয়াখং ওাইহুনা লৈজ- রিবী ঐনি, চিংনবা লৈতনা তাকপিয়ু। করি কৌজৌ হায়বগে ?

বীরসিংহ :— অহুদি, নংনা ঐবু লমজা মচা কৌ। মহুনস্থু পেল্লি— ঐ লোই থারক্লবনি, ইপানা লোইদা লাম্থোরক্লবনি। ইমা- ইপা কনাস্থু লৈত্রবা, ধারা-নালা মুৎলবা; পিদৎ-পাদৎপা লোই-লমজানি। ( মরেংবান থাদোক্লে )

চীংথোঙ-চীংগ্না, লোয়য়া ভমরাদা তাম্থোরক্লবা লমজানি। অহুমা নংনা ঐবু লোয়রান লমজা কৌবিয়ু। অহুভদা ঐ পেনগনি, নীংশিং রাঙাও তাহুনা ঐনা অমুক পি- থেল্লয়োই।

সাবিত্রী — হাঃ হাঃ ! মহুদি মায়া লাম্নক্রবা পোৎনিনা। মহুনা পেনবিগদোবা ওইরবদি কৌজরগে কোলোয় অহু। আ— হো তা লোয়রান লমজা ! তা লোইতাবা !

বীরসিংহ :— হাঃ হাঃ ! পেল্লে ! ঐ পেল্লে ! লোয়া-সাবিত্রী !

সাবিত্রী :— লোয়রান লমজা।

( হুরাওনা ঙাইহাক নোকমিন্নরে )

অত্থুদি, লমজানা তাকপিবস্থ ঐ তাজরে, য়াজরে। লোই-নিঙোল ঐনা হায়জবা ৱারমশিংস্থ পুক্লিং চঙনা তাবিনিদনা, লৌবিনিদনা।

বীরসিংহ :— হায়য়ুনে করিনো য়াগে।

সাবিত্রী :— ঐ ৱারী লৌজগে। ইপাগী মফমদগী ঐনা ৱারী অসি তাজবনি :—ঐগী ইপা পোকপা ইপু, ইপুবু পোকপা ইবুঙ্কো অত্থ, নবুঙ্কো ইবুংঙো রামধন মহারাজগী ৱালহৌ-শঙগী ব্রাহ্মণ মকোক ওইরম্মী হায়। ইবুঙ্কোনা থোংবা মথেল-লুক্কোয়বু নবুঙ্কো ইবুংঙোনা সনা পুক্লিং তাবিরম্মী হায়।

অত্থবু অঙকপান। লাইগী নোংদমদগী নোংমদি নবুঙ্কো মহারাজগী সনা পুক্লিং হুংঙাইতবা মুমিৎ অত্থদা' ইবুঙ্কোনা হৌবা ( থোংবা ) মথেল লুক্কোয় অত্থ নিংথৌ সনা পুক্লিংগা থরখিৎ চানরুত্রমাল্লে। মত্থদা, শাউরবা নবুঙ্কো ইবুংঙোনা অশাউবা শক্তম পুত্থনা অথৌ ৱাহৈনা চৈত্থনা অঙম-অথৌ মমাঙদা ইবুঙ্কোবু ঈকাইবা পৌখি হায়। কিবদগী কম্নাক নিক্তুনা লৈজরবা অত্থদস্থ পেস্রত্থনা অশায়বা চাক্লা ইবুঙ্কোগী মায়দা কামশিনখি হায়।

ব্রাহ্মণগী মফমদা চংহৈদবা শাজং চংলকপা অত্থদা ইবুঙ্কো ৱারৌথ্মাল্লে। মথল্লায় শিবা কিরকত্রত্থনা নিংথৌ

চীনথক্তা ব্লাহৈ অমা অনি হঙ্গৎলুরে।

তাবদা থম্মোষ্ট কায়নবগী মশক্লি। অকনবা মনাই থাজিন্দুনা ইবুঙ্গোবু থীনা ফুহল্লে। মরাল লৈজত্রবা ব্রাহ্মণ অমবু অস্থন্না থীনা তৌবিবা অসিদি শাগী ভাগী লৈবাক্লি হায়না ইবুঙ্গোনা শোঞ্জবা অহু নিংথৌ সনা নাকোংদা তম্বা য়াওথ মাল্লে। মহুদা শাউরবা নিংথৌনা ইবুঙ্গোবু নিংথৌ দগুনি হায়হুনা হরিজন থুঙ্গংদা লোই থারকথি হায়।

বীরসিংহ :— ( তারম্বদগী য়াম্না নীংভমদনা ) সাবিত্রী! নহাক ব্রাহ্মণ মচা! ঐগুম্না নহাকস্থ লোয়রান নিঙোল! নংগী ব্লাসি অচুম্বমক্লা?

সাবিত্রী :— মাস্নি। অহুবু হৌজিক্তি মহু নএ। মখোয়না মাংই হায়না ঈম্বোক্তুনা থম্বীরিবা হরিজনশিংগী বংশনি।

বীরসিংহ :— হাঃ হাঃ, অপঙবী। মখোয়নিনে মাংইবা, মরাল লৈরিবদি। ঐখোয় হরিজনশিংসিদি শ্রীহরিগী অশেংবা অচানবা মচাশিংনিনে। মরমদি :—ইবুংঙো মহাক্তি ঈশ্বরনি, জীব পূম্নমক মাগী মচা ভাক্লি। পাপকী থবক তৌবা, ফত্তবা চিঞ্জাক চাবা, অচুম অরান মশক থঙদনা ফত্তবা শাজৎ চৎপা অমস্থং ঈরুজদবা অমোৎপশিংবু মহাক্লা অমাংবনি হায়না থনবি।

সাবিত্রী :— চুমই। ঐখোয়দি শ্রীহরিগী অচানবা মচা হরিজনশিংনি।

বীরসিংহ :— ( হয়াও মীনোক্লা ) ঐগী সাবিত্রী। নহাক ঐগী থব্রায়না তাবী লৈরাংনি, ঐগী অনিশুবা থব্রায়নি।

সাবিত্রী :— ( পেক্সরবী মায়থোংনা ) ইবুংঙো। ঐগী নীংজরিবা আশাশু মত্থুতনি। পুন্সিগী লেঙএবী ননাই ওইজগে। পীনবিয়ু।

( ফমথত্থুনা মখোঙদা মরাইবক শোক্লা থুরুমজরে )

বীরসিংহ :— নহাকী আশা লেপ্পমক থুংজরো, মত্থুনা ঐগাশু অপেনবনি।

চন্দ্রসিং :— ( নোক্ত্না থুনা মখোয়গী মনাক্তা চঙলকপদা মখোয় অনিশু থংই )

হা: হাঃ হাঃ! ঐনা নীংবা আশা থুলে। করিগী ঙক্রি? তাঙলবা তাঞ্জা অসি ঐনা ফংজরে। নখোয় অনিগী নীংলিবা আশা থুংহনগে হায়না ঐনা শেন্নরকপা কুইরবনি। হাঃ হাঃ, লাইগী নোংদমদগী ঙসিদি তাঞ্জা অত্থু ফংলে, লেয়া নাম্বোকহনবা য়াপোৎ নত্তে।

( পুস্পমালা অমা পুথোক্ত্না )

সে, নহাকী হুংশি থূদোল ওইনৌ, নপুরোইবগী ঙক্তা চিংনবা লৈতনা হুকউ। গন্ধর্ব-বিবাহনি। মসিগী দমক্তা ঐনা থম্বোই শেংনা লোংলকপা লৈপরেংনি। সে, চিংনদনা লৌ, ঐ পেনজগে, ইতাওগী ঙক্তা হুকজ।

( লৈপরেং অহু সাবিত্রীগী মখুত্তা পীরে। তিঙক-মায়ঙরুনা মাস্থ লৌজরে। মখোয় অনিগী আশা থুংহন-নীংলহুনা বীরসিংহ মোমোন তৌনা সাবিত্রীগী মমাঙদা চঙলক্তুনা নকশিন্না লেপ্লরে। )

হুকলোনে। করিগী লৎনরি? লৎনহৈদেনে।

( থৗন্দনা লৈপরেং মপুরোইবগী ঙক্তা হুকচরে )

হাঃ হাঃ হাঃ! পেল্লে। ঐগী আশা মহৈ য়াল্লে। মপোক অসিমগী তৎন-থানদবা ওইসিন্নু। অহুগনে, চেক-শিল্লুকো; মঙানি শুদ্রিবা ফাওবা তৎহৈদে হায়বনি; য়াম্না যতন তৌনা থম্বিগদৌবনি মরুপ।

বীরসিংহ :—( মোমোন নোক্তুনা ) থমজগে ইতাও। পুন্সিগী থক কায়নজরোই। ( হরাও মীনোক নোক্তুনা সাবিত্রীবু চেৎনা কোনশিনবিরে। )

---



অশুবা উৎপা

# চীংয়াগী লায়র খাংপোক

## ( বীরসিংহগী য়ুম )

## ( ১—৩ )

### মতম নুংথিল

( লাইট হেক ভাম্থোরকপদা লায়র খাংপোক শঙ লৈরমই। ভাইহাক্কী মতুংদা বীরসিংহনা মহাত্মা গান্ধীজীগী অয়েকপা ছবি অমা নাকন্দা কোন্দুনা থুংলৈ। থগায় কানীংচিং ব্লাংবা, উনা ফ্রেম চনবা অয়েকপা ছবিনি।)

বীরসিংহ :— ( কৌ কৌদুনা চঙলকই ) সাবিত্রী! হো সাবিত্রী! কদায়দা চৎখ্রবনো মহুবো।

( কোয়েং য়েংদুনা ভাইহাক লৈ )

সাবিত্রী :— ( লৈগী য়েন্দায় অমা পায়দুনা থুংলরে ) লাকচরে লাকচরে। ভসায় লৈ হেকচিল্লম্মু হায়বিরম্বা অদুদা লৈ থরা থিজরকরিবা।

বীরসিংহ :— ( হরাওনা ) ফরে ফরে। ঐনা পুরক্লিবা অসি মহাত্মা গান্ধীজীগী অয়েকপা ছবিনি। মসি নিত্তিগী পূজা তৌদুনা লাৎকদৌবনি।

( মফম চানা লেপহন্দুনা থমই। থম্লগা লেপহনবা য়াই।)

সাবিত্রী :— ওম্থোক্না হৈনা য়েকশ্রেদা। আ—মমল কয়া পীবিরকপগে ?

বীরসিংহ :— লুপা ৫.০০ ( মঙা ) পীরকই।

( তাঞ্জা অসিমক্তদা চন্দ্রসিং, মাধব অমসুং বসন্ত হায়বা হরিজন নিপা মরিখকসু থুংলরে। )

চন্দ্রসিং :— ইতাও। কয়া পীবিরকই লাই অহুদি ?

বীরসিংহ :— ( য়েংখোরক্তুনা ) এঃ ইতাও। তাদখোয়সু লেঙবিরক্লি। সাবিত্রী, ইতাওখোয়গী ফিদা থাও। (সাবিত্রী ইমুংদা চঙথি ) ইতাওবু, মসি লুপা ৫ ০০ পীজরকই।

মাধব :— কজশ্রে, ওম্থোক্নসু মান্না য়েকশ্রেদা, রা হেক ভাঙলকদোবা মাল্লি।

( মখোয় অতৈসু লাইদা য়েংলি )

সাবিত্রী :— ( কক অমা পুথোরক্তুনা থাররে ) আ—খুদারোমদা লেঙশিনবিয়ু।

মাধব :— কনি কনি ইবেম্মা, কমজগে।

( মখোয় কয়ে )

বীরসিংহ :— তা মাধব। মসি মহাত্মা গান্ধীজীগী অয়েকপা ছবিনি। হরিজন ঐখোয়না মহাত্মাজী অসিবু ঈশ্বরমক্লি খনবা কাওবা য়াই। মহাকী অহিংসা নীতি অমসুং গান্ধীজম ধর্ম্মগী মতেঙনা, সুপনম শাসন তৌরিবা কল্লবা ইংরেজ সরকারবু ভারতগী শোয়দনা তাম্থোকপা ওমগনি। মতম অহুদা, মীনাইনা মপু শারিবা ভারতকী রাজ-গাদি অসিসু

মাঙগ্রগনি। প্রজাগী নীংতম্বা যুগ লাকনি। হিন্দু-সমাজনা পিদোন্না থম্বিরবা হরিজন ঐখোয়স্নু সমাজগী যাগা খুদিং-দা থোঙ লাওনা হাংদোক্লগনি। মতম অদুদনি হরিজন ঐখোয়গী অন্নাবা কোক্কদৌবা। ঙাইবদা কল্লু। মতম লাইরেম্বীগী ঈচেল-ঈরোম্নুংদা অথোয়-নাপল কাবা তমথী-রবা শাজং পুন্নমক অসি লুপ্তুনা লোইনা মাঙখ্রগদৌবনি। মদু ঙইরক্লবগী পাঙ্গল শক্তিদি বাপুজাগী অহিংসা নীতি অমস্নুং গান্ধীজমবু ঙাক্লা চৎলগদা ঙইগদৌবনি।

মাধব :— ( হৌগত্তুনা ) ইবুংঙো বীরসিংহ। গান্ধীজম হায়বা অদু করিনো? ভাব তানবা ইয়াম্বখোয়দা থরা তাকপিয়ু।

( ঙাইহাক্কী মতুংদা ফমথখিনি )

বীরসিং :— ফনি। ননাও হায়জগে তাবিয়ু। মসিদি মহাত্মা গান্ধীনা হৌদোকপা ধর্ম্ম নীতিনি। অদুনা মাগী মমিং লৌদুনা মসিবু গান্ধীজম হায়না খঙনরিবনি।

ভারত অসি য়াম্না চাউবা লৈবাক্নি, ধর্ম্ম তোঙান তোঙান্না চৎলবা মখল মথা অয়াম্বা প্রজা কাঙলুপশিং লৈ। অদুনা লাইনীং লাইশোল তিন্নদে, লোনচৎ-শাজং মান্নদে, ফিজেৎ চাকচা খেন্নৈ অমস্নুং লোল তিন্নদে। মরম অদুদগী অমগা অমগা তিন্নবা মুংঙাইনদে, থরা চাওখৎপা কাঙলুপশিংনা চাওখত্তবা কাঙলুপশিংবু হুম্বা মিৎয়েংনা য়েংবি। মদুগী খুদমদি :— হিন্দু সমাজনা হরিজন ঐখোয়বু মাংই হায়দুনা ঈস্নোকপিরিবা অসিনি।

গান্ধীজীনা অমুম্না লৌই :— মশা-মউ তরু তহেনবা, অমোংপা ফি শেং-চাদবা, য়ুমলৈ-কৈরৈ তরু তহেনবা, শেংনা ঈরুজথোক্লগা অরূবা ফি শেত্তুনা চাবা, য়ু থক্কবা, ময়াই কাবা পোং চা-থক্কবা, ফত্তবা শাজং চত্তবা অমস্তুং মীনম-শোরিগী থবক তৌদবা মীশিংদি অশেংবনি।

অমোংপা ফি শেং-চাবা, য়ু থকপা, ময়াই কাবা চা-থকপা, শেংনা ঈরু-মায়থজব্রবা, শাজং চুমদবা চংলবা, অমস্তুং অচুম্বা মশক খঙদ্রবা মীশকশিংদি—অচৌবা রাজ বংশদা পোক্কুনম্মু, অথোইবা ব্রাহ্মণ শাগেগী মচা-মশুশিং ওইহনম্মু, মীয়াম সমাজনা তুক্কচরবা অনাংবা হায়বা মীশক অহুনি। মখোয় অহুদি মাংবদগী হেন্না ফংখিদ্রবা, মীওইবা সমাজগী মফমদা অমাঙ-অতা থোকহনগদৌরিবা মীশক-শিংনি। অমুম্না গান্ধীজীনা হৌজিক লৌরি।

অহুনা, হিন্দু সমাজনা মাংই হায়না ঈম্ভোকপিরিবা হরিজন ঐখোয় অসি গান্ধীজমগী নীতি-নিয়ম ঙাক্না চং-কদৌবনি। অহু ওইরবদি, হরিজন ঐখোয় শোয়দনা শেংগনি।

চন্দ্রসিং :— ( হৌগত্তুনা ) ইতাওবূ। ভাব তাজরে। ইতাওনা হরিজন ঐখোয়গী ইরক্তা খোঙদাবিরকপা মুমিত্তগী ঐখোয়গী হাম্নগী ফিভম পূমহোং হোংগ্রে। নহাক্না পাউতাক ইগু-বদগী ঐখোয়—ইশা-ইউ নাম্লে, ফিজেং-চাকচাম্মু লূজরে, য়ুমলৈ-কৈরৈ ফগৎলক্লে অমস্তুং অপূনবা লীচং চংচরক্লে।

হৌজিক্তি ঐখোয়গী হান্নগী ফিভমশিং অদু হুন্থনা খল্লুবদা তুক্কচবা অমস্থুং হঙোইবত্থুম পোক্লক্লে। ( ফমথল্লে )

বীরসিংহ :— ইতাও। ( হরাওনা ) হাঃ হাঃ হাঃ। মত্থুনা, নশা ইশা অমস্থুং ইরৈবাক-ইজাতিগী সমাজবু শোয়দনা চাওখং-পা পুরক্কদৌরিবনি।

মখা খরগা লীজগে তাবিয়ু :— সবর্মতী আশ্রমদা গান্ধীজীনা সন্যাসকী ফিভমদা লৈরিভৈদা শিষ্যশিংনা অমাং-অশেংগী মরমদা গান্ধীজীদা পেন্নদবা ফোঙদোকখি। মদু অভৈদগী নত্তে, গান্ধীনা হরিজন ঈমুং অমবু আশ্রমদা লৈহল্লুবদগীনি। করি অমুক হায়গনি, মহাকী সহধর্ম্মীনী ওইরিবী কস্তুরবাই ফাওবনা নীংভমদবা ফোঙদোকখি।

মখোয়গী অরানবা রাখল অমস্থুং শাজৎশিং অদু উবদা গান্ধীজীনা অস্থুম্না হায়বিখি :—

"ধর্ম্ম মখল মখল চৎলবা, লোল তোঙাল তোঙান্না লোন্নবা ভারত বাসীশিংনা অমাং-অশেংগী পলয়াম খাগ-তুনা অমগা অমগা তিন্ননীংদ্রবদি ভারতনা খক নীংতম্বা স্বরাজ হায়বা অদু ফংবা ঙমলোই। ঐখোয় ভারত-বাসীশিংনদি ইচীল-ইনাওশিং ফাওবা মুংশিনত্রগা, ঈরাইমদগী লাকপা, ঐখোয়গা করিস্থু থোক্লদ্রবা বিদেশী ইংরেজশিংবু মুংশিবা থঙদে হায়ত্থুনা ঐখোয়না নিন্দা তৌরি। মসি ওম্থোক্লা নোক্লীংল্লে, ওম্থোক্লা লানল্লে।........"

অসিগুম্নবা মমল য়াম্নবা য়াঙাঙ কয়া ঙাঙবিদুনা, ধর্ম্মনীতি অমস্তুং রাজনীতিগী অমৃত-রস তাকপিদুনা, আ-শ্রমগী মীয়াম্বু জ্ঞান তাহনখি। খন্দুনা য়েংবিয়ু—হৌজিক-মক ভারত স্বাধীনতাগী অহিংসা আন্দোলনদা লুচিংলিবা নেতা কয়ামুক অসি, মহাক্কী মখোঙদা কুন্দুনা মখোয়গী পুন্সিগী জ্ঞানগী লম্বী ফংলকপা ঙাক্নি।

গান্ধীনা অস্তুমস্থু অমুক হায়রি :—

"ঐ অমুক হন্না মীওইনা পোকপা পামজদে। অদুবু, করিগুম্বা পোকপা তারবদি—হরিজন ওইনা পোকচগে। অদু ওইরবদি ঐনা মখোয়গী অন্না-অনং অমস্তুং অচোম্বা শরুক কোঙ্গায় য়াদুনা, ইশাবু অমস্তুং মখোয়বু তমথীরবা ফিভমশিং অসিদগী নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনজগে।"

অসিগুম্বা মহাক্কী প্রচার অসিগী মতেঙদগী হৌজিক হরিজন ঐখোয়বু সমাজগী মীশিংনা খরা ব্যবহার তৌবি-রক্লিবা নত্রা?

মাধব :— ( হৌগত্তুনা ) হা: হাঃ, ইবুংঙো বীরসিংহ। মহাক্কী য়াহৈশিংসি তাবদা ঐখোয় পুংপেল পেল্লে। অদুগা, *থম্মোইদগী হৌরকপা নীংবা থুংদবা, পেন্নদবা অমস্তুং চাওখৎ ইদুল তম্বগী ঈহৌনা হকচাংগী তুথুপ খুদিং শীন থুংল্লে; খাম্বা ঙমশিল্লকত্রে। য়েংউ, হকচাংগী তুখোঙ খুদিং হুমাং লৈরিক কারক্লিবা অসি।

( মখুৎ-মশানচিংবা উত্তুনা য়েংহল্লে।

বসন্ত :—( হৌগৎলক্তুনা ) ইবুংঙো বীরসিংহ। পেল্লে! ঐখোয় পেল্লে! নহাক। হরিজন খুঙ্গংসিগী নেতানি।

নহাক্কী য়াইফনবা ইয়াম্বখোয়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি। মখা অতৈস্মু খরা লীথবিখো।

( মহাকস্মু বাবুস্মু অমুক কমথগ্রে )

বীরসিংহ :—( হরাওনা ) ফনি, লীজগে তাবিয়ু। মীওইবা ঐখোয়না চৎলিবা অসি নীতি অনিগী মখা পোল্লি।

অমনা—হিংসা নীতি।

অতোপ্পা অমনা—অহিংসা নীতি।

হায়রিবা নীতি অনি অসিগী নীতি-নিয়মশিং অসি ওয়্নোক্লা য়াম্না খেন্নগ্রে; সমুদ্রগা লাংথোংগা পাবগুমই।

বসন্ত :—( হৌগত্তুনা ) হা: হা:, অং অং। করম্না ইবুংঙো? তাকপিয়ু। হায়রিবা নীতি অনি অসিগী খেন্নবশিং অদু ইয়াম্বখোয়দি করিমতা হেক খঙজদ্রি। হায়গদি—মীওইনা পোক্লগা, ঐখোয় ইশা ইশানা চৎলিবা শাক্লৎকী নীতি-নিয়মস্মু খঙজদ্রবদি, ( ময়ামদা ওনশিন্দুনা ) করি হায়বগে? ( "মান্নি মান্নি" খুনই ) কয়াদা তোনগ্রবনো। হা: হা:, মখোঙ অনি পানবা শা হায়বা অদু তারোইদ্রা হায়বা ঐখোয়?

( "মান্নি, অচুম্বনি" হায়না খুমই )

অহুনা ইবুংঙো। ভাব তানা তাকপিয়ু। ইগ্নাম্ব-খোয়স্নু ভাব তানা হেক মতাজরগে। ( অমুক কমথগ্রে )

বীরসিংহ :— (হরাওনা) ফনি ফনি। হায়জগে তাবিয়ু। অহান-বদা হিংসা নীতিগী মরমদা, অনিশুবদা অহিংসা নীতিগী মরমদা হায়জগে :—

ইশাগী ওইজবদা খন্দুনা মীগী মাঙনবা শীনবা, মীগী অন্না-অনা তাহন্নবদা হোৎনবা, মীনা অন্নাবা তারবস্নু ইশা-গীদবু করবদি পেন্নবা, মীয়াম সমাজগী মকমদা উং চাইহুনা অক শারগা মন্নুংদনা ফত্ত-ফত্তবদা তৌনবা হোৎনবা, হুরান-চাম্ব্রীগী থবক তৌবা অমস্নুং মীনম-শোরি শাজং চৎপা, অসিনচিংবা ফত্তবশিং অসি হিংসা নীতিগী শাজৎনি। মী-মুংশি খঙদবা অমস্নুং মশাগীদা ওইজনবা খনবনা নীতি অসিগী শাথোবনি। নীতি অসিদা অয়াম্বা মীনা হৈনখি-বনা হৌজিক্কী মীওইবা সমাজদা অশান্তি থোকহল্লিবনি। অহুনা, ফত্রবা অকিবগী মশক ওইরবা হিংসা নীতি অসি থাদোকসি। নত্রবদি ভারতনা থক চাওখৎলোই। ভারতনা করিগুম্বা নীংতম্বা ফংলক্লবস্নু থক চাওখৎপা কংলোই।

ময়াম :— পামজদ্রে! হিংসা নীতিগী শাজৎ থাদোক্লসি!

বীরসিংহ :— ( হরাওনা ) হাঃ হাঃ, য়াম্না মুংঙাইজরে। অহু ওইরবদি ঐখোয় ইন্দ্রি খুহুম চন্নবা হোৎনগদৌবনি, মহুত্তদা লোইনা পাঙথোকপা ঙমগনি।

অদুদি, অহিংসা নীতিগী মরমদা শমলপ্পা খরা অমুক তাবিরো। মসিদি হিংসা নীতিগী ওন্ন-তৈনবনি। হায়বদি :—

ইশাগী ওইজবা থিদুনা মীগী খক মাঙনবা শীল্লোক্ট-দোবনি। মীগী অন্না-অনা নংহন্নবস্তু হোৎনরোইদোবনি। মীনা ন্নাববু ইশাদা ন্নাবগুম্না খনগদোবনি। হূরান-চীন্থী অমস্তুং মীনম-শোরিবা শাক্রৎ চংলোইদোবনি। মীনা ঐখোয়বু মাঙনবা তৌরক্রবস্তু ইশা কন্নবা হোৎনগদোবনি; মতুগীদমক য়েক্র ভাব খন্দুনা হিংসা শাক্রৎ চত্তুনা লমন খুম্নফং হোৎনরোইদোবনি। মরম চাদনা ফংগদোবা ইশাগী ওইজবা থাদোকনি। মীন্নুংশি খঙগনি। নীতি অসি ঙাক্লা চৎপদস্তু ইন্দ্রি খুদুম চন্দবা য়াদে।

চন্দ্রসিং :—( হরাওনা ) ইতাও ইবুংঙো। নহাক্লা হরিজন ঐ-খোয়বু জ্ঞানগী মিৎ পাঙহনবিরে। হেক ঙস্থমখৈ ঐখোয় অহিংসা নীতি ঙাক্লা চৎচরগে।

বীরসিংহ :—( মোমোন তৌনা ) অদুদি, ঐখোয় শোয়দনা চাও-খৎলগনি। হৌজিক গান্ধীজীগী তোপ তোপ্পা গুণগী মরমদা খরা অমুক হায়জগে :—

মহাত্মাজী অসি মহাপুরুষনি। হায়বদি— মীরক্তগী অথোইবা লাইপোক্নি, অদুগা ঈশ্বরগী মপাঙ পুবা ধর্ম্ম শন্দোকপস্তু অমনি। মমাঙথৈগী লাইপোকশিংদি মীচম্না তৌবা ঙমদবা অঙক অঙকপা থবক কয়ামুক তৌদুনা লাইনি হায়বগুম্বা ন্নাখল খ্বাইদা হেক্কা উৎপা ঙমখি।

মহাক্কি মতু নত্তে, য়ায়া চয়া উই, য়ায়া চয়া শাজং চংলি। মহাক্না পাঙথোকলিবা থবকশিং অসি মীচম অমনা পাঙ-থোকপা ঙম্বা ঙাক্কি। অতুবু ঙমদে, করিনা—আত্মা লাক-শিনবা ঙমদবদগী।

হৌজিক ঐখোয়না তারিবা অসিনি :—গান্ধীজী চারা হেল্লে, রাঙাঙখিত্রে। মতু অতৈগী নত্তে, অহিংসা শাজং চত্তুনা থম্মোইবু থম্মোইনা জয় তৌনবগীদমক্কি। মাবু শিরশিমু হায়না থীনা তৌরবা মীশিংবু মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না মুংশিনা খল্লি। অসিগুম্বা মতৌ অসি য়ায়া লায়থ্রবমু ঐখোয়না ইনবা ঙমদে। খন্দুনা য়েংবিয়ু, কয়াদা চমথ্রবনো।

অতুনা, মহাক্কী অহিংসা নীতি ঙাক্না চংলগদদা ভারত-বাসী ঐখোয়না কল্লবা মীমুংশি খঙত্রবা ইংলেজ-সরকারবু জয় তৌবা ঙমগনি, ভারত স্বরাজ শোয়দনা ফংগনি।

বসন্ত :— ঐখোয়মু অতুম্না খঞ্জরি। মতম অতু ফাওবা ঐখোয় শিখিগুমসি, নীংতম্বা ভারত-বাসী ওইখিসি।

বীরসিংহ :— হা: হাঃ হাঃ। শিখিগুমসি শিখিগুমসি, চাওখৎপা য়াওখিসি।

বীরসিংহ :— অতুদি, গান্ধীজী হরিজন ঐখোয়গী ইপানি, লাইনি। মাবু ঐখোয়না নিতিগী অয়ুক-মুমিদাংদা খুরুমসি, পূজা তৌসি।

ময়াম :— য়াজরে য়াজরে, খুরুমসি মাবু।

বীরসিংহ :— ( হরাওনা ) অহুদি, মানা পামজনা শোল্লিবা লাই-
শোল ঈশৈ ঐখোয়স্থু শকসি। ( ময়াম য়ানরে )
সাবিত্রী, নং ঈশৈ হল্লু, ঐখোয় খুমগে।

সাবিত্রী :— ( হরাওনা ) ফনি হঞ্জগে।

## লাইশোল ঈশৈ

রঘুপতি রাঘব রাজারাম পতিত পাবনা সিতারাম
ঈশ্বর আল্লাহ তেরে নাম সবকো সম্মতি দে ভগবান।

---

৪শুবা উৎপা

# *ঠিকাদারগী য়ুম*

( ১—৪ )

## মতম নুংখিল

( টেবল অমগা চৌকি অমগা থাই। টেবল মথক্তা থম্লিবা মিংশেলদা য়েংহুনা লেপ্পা লেপ্পা কেশব ঠিকাদারগী নুপী বাসন্তিনা পাউদর থারি। মহাক রাগ নুংঙাইখিবনা মরক মরক্তস্থু ঈশৈ ঙংলি। ঙাইহাক্কী মতুংদা হায়রকই। )

বাসন্তি :— ( মোমোন তৌনা ) হাঃ হাঃ হাঃ, পেইন্ট তৌবা হেনমনখিহুনা ঈমুংগী মীনা ইশক খঙবিদহুনা ঙসি। (অমুক

মুন্না য়েংঙৈ ) ময়াইনা। নিতিগী থারিবা পাউদর অসে, শেরিবোই হেক্তা মনীংবা।

( অমুক শেম-শাত্নুনা থাই )

লুখেন্দা মুপী ওইবী ঐখোয় অসে। আ—য়ুমগী নিপানা হূরাল্লগা মুপী ঐখোয়স্মু হূরানবী, চৌস্থীরগা মুপী ঐখোয়স্মু চৌস্তবী, বৈষ্ণব ওইরগা বৈষ্ণবী। অদুগা, লায়রচুদৎনরবা নিপাগী মুপীদি লায়রবীনি। মখোয় অদুদি কেবদি লায়ত্নুনা নোংমত্তা মশম ফাওবা শমজেৎ হাংপা শংজদে।

হাঃ হাঃ, ইরাইবক্তা হেক ফরিবদি ঐদি, ঐগী নহানমপোক্কী কর্ম্ম ফলনা ইথল্লায়না তাবা ইপুরোইবস্মু হেক মফংজে। আ—শক চু, রুপ-গুণস্মু চঙখোল্লিদো, অদুগা অচৌবা ঠিকাদরনিদো। মাগী মুপী ওইবা ফংজবদগী মীনা ঐবু "বাবুনী! বাবুনী!" মসিদা নিপা-নহাগী গুণ ময়েং তাহনবা য়ারিপোৎলা হায়বা। করিগুম্বা ঐনা চমোৎ চমোৎ লৈরবদি, পামব্রে হায়ত্নুনা, তগৎ তগৎ তেকপী শকফবী মুপী অমা হেক পুশিল্লকপা।

( ভাইহাক রাখল তৌই )

হুম, মত্নুনা মপামজখিব্রে ঐদি। ভমজরোইদা তুরোম্নবা, অহলগা ওইজবা। অদুগী শরুকপুদি, নিপানা থল্লায় ভাবিনবা ইকেদা শেমত্নুনা তগৎ তগৎ লৈরগা লোইরে। আ—থমথেংবী কালগী মুপীস্মু অত্নুক ওইদবা ময়াত্রি।

( অমুক পেইন্ট তৌবা হৌই। মখোল থোক্লা "খা-বলনা ফবনে লৈনা ঙৌনা শাংপনে, মালতি-মালিকান-চিংবা অয়াম্বা লৈরাং খিবিক্লা......" হায়না ঈশৈস্থ ঙংলি। তাঙ্গা অতুমক্তদা কেশব ঠিকাদার থুংলরে। মনাই নিপা লালুনা শউলগী উপু অমা য়ান্দুনা মতুং ইন্নরকই। মাগী মুপীনা তৌরিবা ঈরাং অতুদা হরাও মোমোন নোক্তুনা তুমিন্না চঙলক্লা লেপলে। রাগ নুংঙাইরবী বাসন্তি মপু-রোইবা লাকপা তাখিদ্রে।

"শেমজক্করে লৈগী শয্যা........." হায়না খোঞ্জেল ৱাংলপ তৌনা ঈশৈ শক্তুনা গোয় শাগৎলকপা থুংখেক্লা মপুরোইবদা গং হেক থেংবদা খংমনখত্রুনা মখোঙ খঙদনা "হৈমা!" হায়না লাউত্নুনা চেনগে হেক তৌই। তাঙ্গা অতুদা মখুং তাপ হেক ফাতুনা কেশবনা হায়রকই।)

কেশব :— ঙাইখো। কদায়দা চেনগদৌরিবনো?

( মনাই লালুগী আর্ট-একটিং নোক্লীংখে )

বাসন্তি :— ( ঈকাইগুম হঙ্গোইগুম তৌনা কেতুনা ) আ, ঈকাই-বনা শিরে। হাঃ হাঃ হাঃ! মাই পাবুং কয়া কুইবিরম্লে?

কেশব :— হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ! করিগী অতুক চিংনরি। হা? কেশবকী বাসন্তিনবু অতুক য়ম্বা হৌনব্রা?

ঐস্থ ঠিকাগী বিল ফংলতুনা, শেল কোকথোং অমা পুতুনা, হরাও-নুংঙাইবগী ঈথক-ইপোম 'মক্তা তাউতুনা নুং-ঙাইনা লাক্লি। হাঃ হাঃ হাঃ, মপুরোইবা নীংবী। ঐগী

পুক্লিংবু নংনা হান্না খঙহুনা তরান্না ওকলম্বগীদমক থাগত্তবা ঙমদে। হা: হাঃ হাঃ হা:, লাও ইনাক্তা।

( মথুৎ পায়হুনা চিংশিনখ্‌গা চৌকিদা ফমখে্‌ )

বাসন্তি :— ( মপুরোইবনস্থু য়ারবা অহুদাদ মহাক কেমনখিবনা মরৈ কোল্লে। )

মাই পাবুং। আ—লুপা কয়াগী বিল কংবিরক্লবগে ? য়েংজনীংঙ্গ্রেদা।

কেশব :— ( পোঙলহুনা ) লাক অমা। ( লালুদা ) আ, লালু! শেল অহু নবেম্মদা।

লালু :— ফনি সাহেব। আ—লৌবিয়ু বাবুনী লোইনা।

( টেবলদা থমই )

কেশব :— সে, শো অসিনা হাংউ।

বাসন্তি :— ( শো হাংদোক্ত্‌না শেলশিং অহু য়েংলে। মপুল থরস্থু মথুত্তা পায়খংলে। মহাক হরাও-মথোই কাঙ্গ্রে। )

মাই পাবুং। মুংঙাইজরেদা ঐদি। আ—নচা রেখানা উজরবদি হরাওজরনিদা। হাঃ হা: হাঃ, ফনা ময়াম্মবা শেলনি হায়বা।

কেশব :— হাঃ হা:, মহরাওজনি।

লালু :— ( কংনোক নোক্ত্‌না ) হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ! বাবুনী! ননাই লালুস্থু মহরাওজৈ।

( মচীল তুমথোক্ত্‌না মকৈ নিকই )

বাসন্তি :— হাঃ হাঃ, হরাওদদি নংস্থ তা-লালু। হরাওথোকউ। মুংঙাইথোকউ।

লালু :— হা: হাঃ। বাবনী। হরাওথোক্কে! মুংঙাইথোক্কে!
( মখুৎনা মচীন্দা খোংহুনা তাল চানা মখোঙ থাং-হুনা চৎলি। ) তোঃ তোঃ তোঃ! তোর তোঃ তোঃ তোঃ! দোং দোং দোং!
( মহাক্কী মতৌ য়েংহুনা মখোয় নোকমিন্নরে )

কেশব :— তা লালু! ফরে, ওক্লে, তোক্লসি। আ—হাক্ল। মখে লাংমল্লবস্থ ফত্তে।

লালু :— অহুদি, ইঙো। পুক্নুংদদা মহরাওথোকসি মীদি খঙ হন্দনা।

বাসন্তি :— হাঃ হা:, তা—লালু। পুক্নুংদা হরাওবা হায়বহু করম তৌই ?

লালু :— ইবেম্মদি মহু খঙবিদ্রিবরা হৌজিক ফাওবা ?

বাসন্তি :— খঙদেবো তা লালু।

লালু :— অহুদি, ঐ হরাওজগে য়েংবিয়ু হৈহৌনবা।

বাসন্তি :— হাঃ হা:, তৌ তৌ অহুক য়েংসি।

লালু :— সিনিসে বাবুনী।
( মমিৎ-মনা ফাক্কুনা মম্না খিগক্কুনা মখোল থোক্কুনা নোকই। মতৌ উবদা মখোয়স্থ য়াম্না হেক মনোকপ্রে। )

কেশব :— লালু! মহুনা হেম্না মখে লাংপ্লে। হাঃ হা: হাঃ হাঃ! নংগী মতৌ অসিদি য়েংবদা কনবু মুংঙাইরিয়ে। হাঃ হাঃ,

তোক্লো সে, ( ফুরিংখাউদগী লুপা অমা লৌথোক্লুনা পীরে ) লুপা অমা বংশিস।

লালু :— ( হরাওহুনা কংনোক নোক্লুনা লৌরগা ) হাঃ হাঃ হাঃ, ফনি তোকচরগে ইঙো। লুপা অসিনা হোরেল হোটেলদা অহুক পোঙজগে।

বাসন্তি :— ( নোক্লুনা ) নবুংঙোনস্থু লুপা অমা পীবিরেদনা। মহু হেক লোইবগা ঐনস্থু লুপা অমা পীবিগনি।

লালু :— ( হরাওনা ) হা: হাঃ, বাবুনী। ফনি, কৃপানি।

( অস্থুয়া তৌনরিঙৈগী তাপ্তাদা ইংরেজী খবর অমা পায়রহুনা প্রোফেসার রাজেন্দ্র হেক চঙলকই।)

কেশব :— এঃ, লেঙশিনবিরকউ ইবুংঙো প্রোফেসার।

রাজেন্দ্র :— আ ; ফনি তাইবুংঙো।

কেশব :— হায়, ইবুংঙোগী ফিদা। ( বাসন্তি ঈমুংদা চঙপ্রগা য়োংকী চৌকি অমা পুথোরক্লুনা থাই )

রাজেন্দ্র :— ইবুংঙো। ইয়াম্বগীদ ইচা নিঙোল অমত্তং চি লাউনা পোকচরিবা অসিনা লোইরেদো। মাসদা ইয়াম্বনা রাজ-বনা, কারিদা শোয়খিগদগে হায়হুনা। ঈশ্বরগী কৃপাদগী ইয়াম্বগী হৌজিক শেল-থুম, মরুপ মপাং, মী পোং কারস্থু রাচ্ছদে, ইচাদদি খরাখং মতাওলে। অহুনা, ইচা মুপী অসিদদি খরাখং মহৈ মশিং হৈহন্দুনা মীনা ব্যবহার তৌবা মীশক ওইহনগে হায়না ইয়াম্বনা অহুক খঙ্গে।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ, মাম্নি তাইবুংঙো, মহুমক তৌবিগদৌবনি।

হায়বদি—মুপী থিদে, নিপা থিদে, মহৈবু হৈরবদি লৈবাক্কী মপী-মপা শোয়দনা ওইগদৌরিবনি। নত্রবদি অরেম্বা ভাক্তি।

কেশব :— ইবুংঙো। হৌজিক মহাক ক্লাস টেন তমজরে। ইবুংঙোনা খরা নীংথিনা হোংনবিহুনা প্রাইভেট তম্বীরগা মাগী হন্দক্কী মেট্রিক্কী পরীক্ষা আসদদি নীংথিনা পাস তৌহনবিয়ু।

রাজেন্দ্র :— ফনি ফনি তাইবুংঙো, ননাও হোংনজগে।

কেশব :— আ, পৈশা-মুংশাগী মরমদা থোইন' চিংনবিরুম্মু, মীনা তৌনৈ হায়বা চাং অহু ইয়াম্বনা হেক্না মকচ্চগনি।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ হাঃ, তাইবুংঙোবু।

বাসন্তি :— হোয়নে ইবুংঙো। খরখিং খন্নায় য়াওনা হোংনবিয়ু। ঐখোয়গী নচল অসিনা খরখিৎ পঙবসিদা। আ, চহিদ ইয়াও য়াওদা, চাউরৈদি হমঃ হমঃ। হাঃ হাঃ হাঃ, মসিদা ওম্থোক্লম্মু হেক লাক্লথোগ্রে। মথাদস্মু মনাও-মৌপল্লা তাদ্রে-দো। অহুদদি হৌজিকপু ইতৈমনা মখোঙ মখুৎ হাম্বীরিনে। হাঃ হাঃ হাঃ, অমত্তং পোকপগী কেবনম্মু খম হেক থেংই হায়হুনি।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ, ইতৈমা।

কেশব :— বাসন্তি। হায়, মুপীমচা অহুবু লাকত্রিনে খরিগীনো ?

বাসন্তি :— মখোয়গী স্কুলদা মিটিং অমা তৌগনি, খন্না থেঙলকনি হায়রম্মী।

কেশব :— অদুদি, নং-ত্তাদবু খরখি ওকহল্লুদনা অম্বায় ফাওবা।
লালু :— ফনি ইঙো, য়েংজরুগে। ( লালু থুনা থোকপ্লে )
কেশব :— আ, ইবুংঙো প্রোফেসার। ইচীল ইনাও রারীতুম ভাইহাক তৌসি। হৌজিক শোরুরিবা সেকেণ্ড রার অসি চহি মঙা তরুক মশুজিল্লক্লে, লোইবা সুকনাই নাইখিদ্রে। করম্বা মতমদা লাল অসি লোইগনি হায়না ইবুংঙোখোয় লাইরিক হৈবা জ্ঞান লৈবশিংনা খনবিরিবগে? অদুগা কনানা ওমগদোবা মাল্লিবগে?

রাজেন্দ্র :— তাইবুংঙো। হন্দক্কী লাল অসি বৃটিশনা ওমগনি হায়না খঞ্জে। মরমদি :—আমেরিকা, রুশিয়া অমসুং বৃটেন হায়বা অকনবা লৈবাক অহুম অসি পূনখিবননি। জর্ম্মন, জাপান হায়বা লৈবাক অনি অসি মথৌনা লৈ, মহৈ-মশিংসু ফনা মহৈ, অদুবু অপিকপা লৈবাক ভাক্লিদো।
কেশব :— নেটাজী সুবাসচন্দ্র অসিদি মথৌনাদি লৈখ্রেদা ইবুং-ঙো। হায়জ-খোচ্চদুনা, থেম নৌদুনা তৌরোই, পাম্বোম-পাঙ্গল অমসুং মথৌনানা মায়থীবা পীদুনা ভারতগী বৃটিশ তাম্থোক্কনি হায়বা মহাক্কী রাশক অদু চপ চানা হেক্তা মতৌরকই হায়বা। হাঃ হাঃ হাঃ, থাগৎনীংঙাইনিহে ইবুংঙা।
রাজেন্দ্র :— মান্নি তাইবুংঙো। মাগী আজাদ হিন্দ ফৌজগী তেঙ্গোন্দা ভারত মচা কয়া কয়া লোম্না চেন্দুনা য়াওন-খ্রবনি। মরৈবাক-মজাতিবু মীনাই-য়োৎহিং থাদোক্লবা

মথল্লায় কথোক্লিবশিং অসিদা ভারত বাসী ঐখোয়গী লমন তোল্লবনি। মথং মথং চঙশিল্লক্কু না মখোয় হৌজিক মণিপুরগী ঙমখৈ য়োশিনগ্রে হায়রি। অহুনা, মতম খরগী মতুংদা মণিপুরদা অকনবা লানফম ওইরবা য়ারি।

ইচীল-ইনাওগী অসি অয়োন ল্লারীনি। বৃটিশ-সরকারগী মীওইশিংনা তাবা য়াপোৎ নত্তে তাইবুংঙো। হেক তাবদা ঐখোয়বু কোক হেক ফাজিনখিগদৌরিবনি।

কেশব :— হাঃ হাঃ হাঃ, অচুম্বনিনে ইবুংঙো, হেক্তা মফাখিগদৌরিবনি। ইয়াম্বখোয়না হৌজিক লম্বী-থোং শেম্বগী ঠিকাগা তৌহুনা মখোয়গী মতেঙ পাংলিবা অসি শেল তানবনি, পুক্লিংদদি "নেটাজীগী জয়। আজাদ হিন্দ ফৌজগী জয়!" হাঃ হাঃ, করি হায়বগে ইনাও ইবুংঙো?

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ হাঃ, মান্নি মান্নি তাইবুংঙো, মচুমক্নি। ইচীল ইনাও ল্লারী তৌবা ফনদি মম্নুংঙাইজরি, অদুবু ঙসিদি ননাও হঞ্জরগে থবক অমত্তং চংচরুখিগে, হয়েং ঙুমিৎসু ফৈ, হয়েংদগী হৌজরগে।

কেশব :— ফনি ইবুংঙো লেঙবিরো। ইয়াম্বা থিন্দোকচন্ত্রে।

রাজেন্দ্র :— এঃ য়ারনি লেঙথোকপিত্রবমু, লৈংবহৌরো।

কেশব :— ইবুংঙো ইবুংঙো। ( রাজেন্দ্র চংল্রে )

বাসন্তি :— আ, মাইপাবুং। ইবেম্মগী ওল্লা ওইগদৌরিবা অসি ময়ুম মকৈগাদি পাল্লব্রা?

কেশব :— করিগীনোনে অহুক কুপ্পগা হংজিল্লকলিবা অন্নবো ?

বাসন্তি :— হা: হা:, মীনা স্থম হায়নবদা প্রাইভেটপু তম্নহল্লবদি হেক্তা লোন-লৈনে হায়নে। আ, করিগুম্বা কোক্ত হেক চেম্বোকপ্রবদি, অহুগা ময়ুমদস্থ অঙাং-মুবী হেক মরৈরম। ঈমাইপেম্মা। শিররোইগ্রা হায়বা ইতা'সি।

কেশব :— হা: হা: হা: হা:। নং অসি রাখলদি ফনা মচঙ-খোল্লি; মমা অমা ওইবদা মতিক চপ হেক চায়রে।

আ, কেশব ঠিকাদার ঐস্থ নপুরোইবা ওইরদা মতিক চপ মচাবনিদা, রাখল য়ায়া থহুবা মীনিদা। নিপামচা অসি ঈনাক-কৈরাক খুনবা মচানি, শাগৈ-জাৎস্থ ওথাক মফে, মশক-মতৌস্থ মকজৈ, মহৈস্থ এম: এ: নি, প্রোফে-সার ওইরি।

বাসন্তি :—( তফিং তফিংনা ) য়ুগা জারগাদি তৌদেকো মাইপাবুং ?

কেশব :— হা: হা: হা: হা:। খঙব্রেদা মহু য়োশিল্লকখদি ভাব তাশিল্লকব্রে। ( মকোক থোৎলি ) নোংমত্তস্থ মাগা তিল্ল-রুদে হায়বা।

বাসন্তি :— মহুদং খঙদোকপিরক্লবদি ফগদোবা। "প্রাইভেট তম্বীনবা মচা নিঙোলগী ওজা থিবদি মচা-মমাক থিবনি, খোয়দারা থিয়ু।" হায়না মীনা ঙাওনরিবা অসি মাই-পাবুংদি থক তাবিব্রিমাল্লেনা করিনো।

( মচীল পোমখোকপা )

কেশব :— হা: হা: হা: হা:। য়াথল লৈবী। মমা-মপা অমা ওইনা মতুম্ থন্দবা য়াদে, অতুবু মতুদগী য়াম্না হেন্দংপা ভানগদৌবনি।

নচা তারগা নাল্লাংখিনি হায়তুনা তৌবনি। নং-ঐগী ইচাগুপীসে শাওং-শাদা ফজে, রূপ-গুণ চওখোল্লি, চীন-কেল-লৈতোল নাল্লি, অতুগা লাইরিকসু ওখাক মকৈ। হা: হা: হা:, চাওখৎপা মীশিংনসু মচা-মমৌ মওইনীংলমগনিদা।

বাসন্তি :— হা: হা:, হোয়নহে মাইপাবুং। অচৎ-অওকশিংনসু ইচাদদা ময়েংঙ্গে। করিগুম্বা মাগী নোং' কাদোক চৎমিন্ন-রুরবদি মীনা হংবা থুম্বমক্তদা মমা ঐসু পওন্না হেক্তা মল্লারবনে।

( লাকপা উরতুনা )

এ: হায়না হায়না লাক্লে। ইচা লাক্লে। তুমিন লৈরসি। ( য়ৌফাল্লিতৈনা ) ইবেম্মা। তা-লালু থেংনত্রা?

রেখা :— ( ফিগী হেণ্ডবেগ অমদা লাইরিক য়ান্দুনা চঙলকই )

থেংনৈ ইমা। কোম্মোং মপান্দা মী থরগা ল্লারী শাহৌরি।

বাসন্তি :— ফরে ফরে, চাক-ঈশিং চাখোকলুরো। হয়েংদগীদি ওজা অমা লাক্নুনা ইচাগী প্রাইভেট তমহনবা হৌরগনি।

কেশব :— চাখোকলুরো চাখোকলুরো, ইপানসু লাক অমগী বিল কংলকলে। ইচাগী ওাক্লি পূল্লমক।

রেখা : — ( হরাওনা ) লাক অমা। বাঃ বাঃ। গুড ? মুংঙাই-জরেদা। ভেরী গুড।

( হরাওনা খুবাক থুক্কনা মপাগী মনাক্তা হোংচিল্লি। মচাগী মতৌ উবদা মমা-মপাস্তু হরাওজরি। )

---

৪শুবা উংপা

# চীংয়াগী লায়র খাংপোক

## ( বীরসিংহগী যুম )

## ( ১—৫ )

### মতম অমুক

( লোয়রান লমজা বীরসিংহ যুবরাজনা মাঙ্গলদা গান্ধীজীগী ছবি থম্মগা খুরুমজনা খুরুখুদক কুন্দুনা লৈরমই। ছবি মাঙদা কাল মচা অমগী মথক্তা মানা নৌনা ইখৎচখিবা মাগী শাগৈগী পুরান অচু ফিজ্জা য়োমজনা থম্লি। সাবিত্রীনা ধুপ-মাউমৈ পুথোরক্লুনা থোরক্লগা ছবি মমাঙদা থমলৈ। )

বীরসিংহ :— ইবুংঙো। শান্তি।

শান্তি :— ( ঈমুংদগী ) পাজী। লাকচরে।

বীরসিংহ :— থোরকউ লাও ইবুংঙো, বাপুজীবু খুরুমসি।

(শান্তি থোরক্তুনা মপাগী মনাক্তা ফমথে ভাঙ্গা অহুমক্তদা হরিজন নিপা অহুমস্তু চঙলকই।)

চন্দ্রসিং :— ইতাও, ঐখোয়স্ু লাকচরে।



বীরসিংহ :— এঃ, ইতাওখোয়-
তাদখোয়স্তু চঙবিরকউ
বাপুজীবু থুরুমসি।

ময়াম :— ফনি ফনি।
(মখোয়স্তু চঙলক্তুনা পঙেং
শানা থুরুখুদক কুন্দুনা
ভক্তি তৌনা লৈ।)

বীরসিংহ :— ময়াম চপ মান্নুনা থুরুমসি।

(মঙক নোন্দুনা মখোয় থুরুয়ে)

ইতাওখোয় তাদখোয়গী থুদা থাও।

(ঈমুংদগী ফক পুথোক্তুনা সাবিত্রীনা থারে)

বীরসিংহ :— ইপাগী শান্তি, নহাক কলেজ তম্নবগীদমক ওসিদগী হৌনা সহরদা চৎলগনি। সহরদা ইপাগী মরী মতা কনাশু লৈতে, অদুনা কলেজ হোষ্টেলদা লৈগদৌরিবনি। নং মতম পূম্বদা নশা-নউ নান্না থমউ, রাজাও-শঙাও কৌ, ওজা-গুরুদা ভক্তি কায়গনু, নমান্নবশিংবু নীংল্লিনা লোয়নৌ, অদুগা নহৈদা নবুক্লিং চঙউ। নহাক্কা ফত্রবদি হরিজন মচা হায়না মীনা নোকুগনি, শন্থু থোকহনগনু। ইপাগী বরদগী থবক থুদিং মঙ্গল ওইরকউ, মীথোই-মীহুনেবা ওইহল্লরকউ।

শান্তি :—ফনি পাজো। ইপাগী য়াথং ইকোক্তা হাপচরি, নচা কায়দনা চৎচগে।

( মপাগী মখোঙ শোক্তুনা ভক্তি তৌই, মখুৎনা শোক্লগা মকোকথক্তস্থ হাপকৎচৈ। )

বীরসিংহ :— ( হরাওনা মোমোন নোক্তুনা ) ইপা পেল্লে, লেপ্পমক মঙ্গল ওইজরকউ। হৌগৎলো, নখুড়াশিংদস্থ ভক্তি তৌ।

( হরিজনশিংদস্থ ভক্তি তৌই। ময়াম্না বর পীবি। )

নংনা চৎলমদাই অসিদা মতম কুইনা ইপানা পূজা তৌজরল্লবা নংগী শাগৈগী পুরান অসি অমুক্তা পাথো-রকউ, ইপা তাগে। আ—নখুড়াখোয়-নমাখোয়স্থ তাহল্লু, অদুগা নংস্থ খঙজিল্লু কাল্লবা কাল লাকনি।

হাঃ হাঃ, চাওখৎ ইহুল তন্নীংনবা ইস্রি মথৌ শঙবিগে থন্দুনা ইপানা পুরান অসি পাহনগদৌরিবনি, থল্লায় য়াওনা পাওকো।

শান্তি :— ফনি, পাজগে নচা।

( চঙশিন্দুনা পুরান হাংদোক্লে। খুরুখুদক কুন্দুনা ভক্তিগা লোয়ননা পারকই। অপাবা অমস্থং অতাবা পুম্বা ওকপা, ছুজুংবা অমস্থং মিপাইবা পোকই। )

(১) বীরসিংহ হায়বা ঐ অসি ঐগী হরিজন-থারাদা ঐনা অহানবা পুকোক্লি। অদুবু, ঐবু পোকপা ইপাদি উত্তমপুর দেশকী নিংথৌ ওইরিবা রঘুনাথ মহারাজ অসিনি।

হরিজন ওল্লকপা :— পাবুং মহারাজ অহল ওইশিল-লক্লে। ঐবু পোকপী ইমা ইবেম্মা কলাবতি মহারাণীনা ঐবু হুন্দোক্লমহুনা মঙুং মতম চাদনা নৌনা নোঙ্গাখি। পোক্কবী ইমা নহারাণী অতোনবীনা চন্দ্রসেন কৌবা ইনাও নিপা অমা পোকই। পাবুং মহারাজনা হেক থুপখিবগা ঐনা সিংহাসন কাফম থোকই। মসিদা ইমা পোক্কবী মহারাণী অসিনা গিহৌহুনা কালু সেনাপতিগা লৌতূনহুনা ঐবু মাঙনবা হোৎনরকই। নত্তবা ইরাল কয়ামুক ইথক্তা পীশিন্দুনা ইমা মহারাণীদা য়েংহৈদবা মিৎয়েংনা য়েংই হায়হুনা ঐবু ইরাল শীখি। তাবদা পাপ পুনবগী মশক ওইরবা শরৌ অসিদা ঐগী ইরাল লৈজদে হায়হুনা পাবুং মহারাজদা ঐনা কপ্পুনা হঙ্গচ্চে। পাবুং মহারাজ নুং আনগী মরক্তা হা ওইরে। রাণী-সেনাপতিনস্থু ঐবু অঙাং ওলহন্নবগী দণ্ড পীনবা তক্কখৎলকই। অহুবু, ঐগী লাঞ্জদবা য়াঙাঙ তাবদা হাৎপগী দণ্ডিদি পীবিদ্রে, "নংনা লান্দবা ওইরগা ইপাগী বরদগী ঐগী যাগাদা ভাল্লখো, লাল্লবদি অহুম মাঙজখো।" হায়হুনা বর ওই, শাপ ওই তৌনা ঐবু পাবুংনা হরিজন 'লক্তা লোই থারকখি। হুমিৎ অহুদগী হৌনা ঐ হরিজন ওল্লে।

সহি :—

শ্রীহরিজন বীরসিংহ ( লোয়রান লমজা )

তাং ২। ১০। ১৯৩২ ইং

(২) বীরসিংহ ঐনা সাবিত্র কৌবী হরিজন নিঙোল অমা লৌই। ঈশ্বরগী কৃপাদগী শান্তিকুমার কৌবা ইচা-নিপা অমা পোকচরে।

ঐনা থাজৈ, মহুদি :— ইচা অসিগী মীথোই-মীহেনবা গুণগী মপান্দগী ইপানা পীরকপা বর অহু লেপ্পমক থুংগনি হায়না। ঈশ্বরনস্নু থৌজানবিসিনু।

সহি :—

শ্রীহরিজন বীরসিংহ ( লোয়রান লমজা )

তাং ৪। ৭। ১৯৩৪ ইং

বীরসিংহ :— ( থাঙঙমদবা শক্তম্না ) ইবুংঙো! ইপা পেল্লে। থুনা খুনজিল্লো ইপাগী ইথুংনা ইবা নংগী শাগৈগী পুরান অহু।

( ঙাওত্রং কৈদ্রং চংলকই )

আঃ! আঃ! অমুক তপথবা ঙমশিল্লকত্রে! থম্মোই-মুংদা চাক্লিবা নীংঙমদবগী মৈনা মৌর খোক্লা চাক্লক্লে। ইমিৎ অসি মমশিল্লক্লে, উশিল্লকত্রে। আঃ। আঃ। আঃ।

( লেপলম্বদগী তুথখ্রে। মখোয় হোৎচিন্দুনা মকোক্তা ঈশিং চাইহুনা কম্না লায়কম্নরে। দৃশ্য অহু য়েংবদা থম্মোই কায়নবগী মশক্লি। অম্মুম্না ঙাইহাক হোৎনরবগী তুংদা বীরসিংহ অমুক জ্ঞান লাক্লে।)

করিনো, ঐহাক ঙাইহাক জ্ঞান মাঙলুরবোইনা। ঈকাইখ্রেদা। ওম্থোক্লা য়মলেদা ঐদি।

মাধব :— ইবুংঙো, তপথবিখো, থম্মোই লাকশিনবিয়ু।

বসন্ত :— আ, ঙাইহাক্তং মিৎ উইশিন্দুনা পোখাবিখো।

চন্দ্রসিং :— মতুনা ফগনি ইতাও। অশাঙবা হায়বা অসি মীওইবগী য়েক্নবনি। মসিনা খুত্নুম চনশ্ববদি ঐখোয় অফবত্ত খঙলক্তে, অতুনা ইম্রি খুত্নুম চনবিয়ু মরুপ।

বীরসিংহ :— ইসঃ, ওম্বোক্লা ঈকাইখ্রেদা মরুপ। হাঃ হাঃ হাঃ! ঐগী পুক্লিং, তপথো। নহাক করিগী অতুক তয়াং-তশোইরুরি? হা? নং, মহাত্মাজীগী অহিংসা নীতি ঙাক্লা চৎলু; নত্রবদি নংনা মাবু করিগী অতুক থরায় য়াওনা লুনা পূজা তৌনা লাৎলি?

শান্তি :— ( নী ঙমদবগী তনিকপা ৱাঙাঙনা ) পাজী। নচাগী পাম্বোম চাউরক্লে। ভারত সরকারদি প্রজা-সরকারনি। ভারত-জাতিয় কংগ্রেশকী নেতাশিংদা ঐখোয়গী পুক্লিং ফোঙদোকচরুগে। অতুগা, প্রধান মন্ত্রী নেহরু উনজরুগে। নচাদা য়াথং পীনবিয়ু।

বীরসিংহ :— ( হয়াও-মুংশিনা ) মুংশিদ ইপাগী ইবুংঙো। অতুবু, মতম অতু থরা ৱাৎলি। নংদা মীথোই-মীহেনবা ওইয়ু ইপাগী বরদগী, অতুগা পুম্নমক ওইবা ঙমগদৌবনি।

ইচা 'সিদি, ইপা শিখিরোই। ( কয়ম্বদগী চৌগৎলক্লে ) ইপা লেম্না মাঙবা য়াত্রি। পাবুং মহারাজনা স্বর্গতি ওইত্রিদৈদা পীবিরম্বা বরগী মহৈ ইপা কংখিনি, হাঃ হাঃ, ইমিৎ থিৎনা য়েংখিগনি।

( মখোয়সু হৌগস্তুনা লেপ্পরে )

চন্দ্রসিং :— ( হরাওনা ) মাম্নি ইতাও। ইচা শান্তিকুমারনা মহৈ মশিংদা মীথোই-মীহেল্লবা কান্দা ইতাওখোয়-ঐখোয়গী চাওখৎপা ওইগদৌরিবনি। অন্থনা শান্তিকুমার, মীথোই-মীহেল্লবা কন্না হোৎনৌ।

শান্তি :— পাজী, নচা শোয়দনা হোৎনজগনি।

( ময়াম হরাওনৈ )

বীরসিংহ :— অন্থদি, মতম ওইরক্লে ইপা-ইচা যাত্রা তৌনবা তৌরসি।

শান্তি :— ফনি পাজী।

বীরসিংহ :— সাবিত্রী, নচাগী পোচ্চে পুথোরক্লো।

( ঈমুংদা চঙখে )

চন্দ্রসিং, মাধব অমসুং বসন্ত :— ঐখোয়সু অস্বাই ফাওবা ইচা থিন্দোকে।

সাবিত্রী :— ( তরং উপু অমা পুখোক্তুনা বীরসিংহদা পীরে ) ইমাগী ইবুংঙো। নং ইমাগী বরদগী লেপ্পা মঙ্গল ওইরকউ।

( বাৎসল্য প্রেমগী কায়ন মৈচাক )

নোংমা ফাওবা নকোক চিকলকস্নু, অন্থগা ছুটি অশাং-বা থাবা মতমদদি ইমাগী ইনাক্তা হেক হেক লাকউ।

শান্তি :— ( মমাবু খুকমন্থনা ) ইমা, নচা চৎচরুখিগে, মঙ্গল ওইজরকে।

সাবিত্রী :— (নানবিন্থনা) চৎলো চৎলো ইবুংঙো, মঙ্গল ওইরকউ।

( মপা বীরসিংহনা তম্মং উপু পায়তুনা মচাবু মাঙ থাত্থনা পুই। হরিজম নিপামশিং অহম্ম মরী মরী: ইন্নখি। মমামা খরা ইন্নরন্নগা লেপ্পুমা মচাবু হেৎন্নমা লৈহৌই। )

সাবিত্রী :— ( থাংসগ্যা প্রেমগী কারন মৈচাকী শকন্না ) চংখে-দো ইমাগী ইবুংঙো। ( তান্না তান্না য়েংলে ) উখিদ্রে ইচাগী মুংশিন্নবা চেংলৌ, তান্নবা মিৎকী পনখে লানখে।

ঙং। ( মপি তৈথোকই )

চংখিসিনু ইচাদো, মহে তম্বা লোইন্নগা লাকখিগনি ইমাগী শান্তিকুমার, ইমা-ইচা লৈমিন্নরখিনি।

( মপি তৈথোকই )

---

৬শুবা উৎপা

# কলেজগী লক্ষী

( ১—৬ )

## মতম নুংথিল

( কলেজ-ছুটি থারকপদা রেখা অমসুং শান্তি ন্নারী শাত্থনা লাব মিন্নৈ। )

রেখা :— ( মোমোন নোক্তুনা ) হা: হা:, শান্তিকুমার বাবুনা হন্দক আইঃ এঃ পরীক্ষাদা হোল ইউনিভরসিটিগী কাউ

ওইবিরকপা অসি ওস্নোক্লা মুংত্তাইরব্রে। ঐখোয়গী কলেজ-গীস্থ লেমজনকমনি।

শান্তি :— রেখা, ঐনা থল্লায় য়াওনা হোৎনজবদা সরস্বতী ইমা ইবেম্মনা লেপ্পমক থৌজ্জামবিবনি। হাঃ হাঃ, নত্রনে রেখা?

রেখা :— মাম্নি অচুবনি। আ, রানা হোৎমবিবনিনা ফাষ্টস্থ ওইবিরেদো, থা. খুদিংগী স্কোলারসিফস্থ ফংবিরনিদো, পুম্নমক লোইনবা ফবিরে।

অচুগা শান্তি। চহি অমিরোম কারক্লে ঐনা রাহং থরদং হংগে থল্লক্লিবা, অচুবু হংবা সুকগুম ঙমজদ্রে। অচুগা, মচু হংনবগী ভাগ্গাস্থ সুকফং ফংদে, ফংবা থোক্লবস্থ ঙম-দচুনা হেক্তা মতোকই। মসিদা ঐ ওস্নোক্লা রাধ্রে।

( মরু লুক্তুনা লৈব্রে )

শান্তি :— হাঃ হাঃ, করিনোনে রেখা? হৌজিক্তি ঐস্থ থল্লায় য়াম্না মুংঙাইরি। হায়দোরক্লোদনা অনীংবা অচু, তারসি; খুম্বা ঙম্বা পাউখুম ওইরবদি খুমজরগে। চিংনবা লৈতনা হায়দোকলো।

রেখা :— ( চিংননা ) অচুদা, করিগুম্বা—( রাথল খল্লি )

শান্তি :— অচুদা হায়বদি কৈদৌরবা? মথা তাবিরো।

রেখা :— হুম, ঙসিদি ভোক্লগে, হয়েং নোংমা হংলগে।

শান্তি :— অচুম তৌরগনা হেম্না তানীংব্রে। হায়দোক্লো হায়বা? ( খুমদে ) সং অসি য়াম্না মীরু ওইনা ভৌথে্‌ রেখা। ঐখোয়দি সিম্পল মাইণ্ডেড ওইবা, চমথ্‌বা মীতানি,

মীরুগী জাং অসি ভিন্নবদি লায়রকুনা মায় ফাওবা ওন-শিন্নজনীংদে ; ঐখোয় অনি মতুংদি থক বা তাওনরগুমসি।

( শাউশিন্নকুনা থরা হল্লোকই )

রেখা :— ( নোক্কুনা ) হাঃ হাঃ শান্তি। নহাক ঐবু য়াম্না শাউ-রমাল্লে। শাউখিন্নু। আ, হায়দোকপা ওন্নবা হোৎনখিগে, অদুগা মীরুদি থোইনা নত্তে ঐ। য়াম্না ! চমথুবী ! সিম্পল মাইগেডনি ঐস্নু।

( শাউশিন্নৈ )

শান্তি :— ( নোক্কুনা ) হায়রোনে অদুদি ! অমনা শাউরগা অমনা থরা হনগত্রা হায়রগা অনিমক শাউমিন্নরবদি করম তৌগনি। করি থোক্কদগে হায়বা ? কুমৈ তাররোইদ্রাও ?

রেখা :— অতৈ অতৈ হায়রবদি ফগদোবা, মীরু হায়বা অসিনা মহেল্লে ঐনা শাউজনীংবা।

শান্তি :— হাঃ হাঃ, হায়জররোইয়ে মতুংদি পাম্বিদ্রিবা মীরুগাদু। হায়দোকপিরো, তাজনীংবনা শিগদোরে ইনা অসিনা। হায়রোবা ? হা ?

রেখা :— হায়রগে। মীওোন্দদি তমথোকপিরুগন্নুকো। নখোয় নিপাশিংসে, জুপীমচা অমা মাওহনবদা চিংনবা লৈতে। অদুনা কিজৈ য়াম্না।

শান্তি :— অদুগুম্বা নিপা পাদাদু নত্তে ঐদি, চিংনগন্নুদা অদুক হাক্লা।

রেখা :— ঐনা হংগদৌরিবা অসি রাহং অহূম-মরি শুক। অহানবা রাহংদি :— শান্তি বাকুন্না মতম অয়াম্বদা রাখন্দা খন্দূনা লৈবগুম্না উই, ময়াম্না নোক খেতুনা হয়াও-তয়াম তৌবন্নু খোইনা য়াওদে। মসিবু করিগীনো ? বুক রারম হায়বা কত্তে হায়নরিবা অতুগী ওংদারা, নত্রগা কনাগী মরমদা করি চিন্তা তৌবিরিবনো ?

শান্তি :— হা: হা:, য়াম্না কুপ্না য়েংশিনবিরম্লেদা 'সিদি, ঈকাই-জঞ্লেদা। অতুবু, হংবিরক্লবনিনা খুমজবা তারে। মতুদিনে রেখা, ঐদি কনা অমত্তগী রাখলগা খঞ্জদেবো। অদুগা, ঐনা মতম পূম্নমক্তা খনবা রাখল অমত্তংদি লৈ। মসিনা ঐবু পওম্নুং মুংঙাইহনবা ওমদে। অতুনা তৌবনি রেখা।

রেখা :— মতুনি ঐনা তানীংলিবন্নু। করি রাখলনো হায়বা ? তাকখোকপগা য়াদবা জাৎলা ?

শান্তি :— হা: হা:, য়াইনে কৈদৌগে। সিনিসে :— মীখোই-মীহেনবা ওমদনা হন্দকী মপোক অসি অরেম্বদা মাঙখি-গত্রা হায়না বরাবর খল্লিনে ঐনা রেখা। অতুনা তৌবল্লি অতৈনা নত্তেদা।

রেখা :— মতুবুদি চাওখৎপা পাম্বা মীশিংগী হৌনশানি, খোই-দোক্তেদা। অতুদা খরথিৎ হাকমনবা।

করে অতুবু, অনিশুবা রাহংগী পাউখুম পীবিয়ো :— নহাক রাজবংশনি হায়বা চুৎ‌্লা ?

শান্তি :— নত্তেনা রেখা। কনানা করি করি হায়নরবগে ?
কিশিন্নক্লদা সভ্য। ঐদি হরিজন মচা অশেংবনি। হরিজনশিংদি
নখোয়না য়ান্না মাংই হায়নবদাইদো।

রেখা :— মহুদি থায়নগী এডুকেসন কংগ্রিস্তৈগী ন্নানিদা কান্নব্রবা।
আ—ঐনা 'স্লুম তাবদা,' মপাবুং মহারাজনা তাহ্মোকথিবা
বীরসিংহ যুবরাজগী মচানি হায়নরিবা অসিবু চুম্ব্রা, অশেংবা
খঙজনীংগ্রবা হায়নিমা। খঙনীংবগী অহুক হংজবনি, ন্নারৌ-
বিন্নুকো।

শান্তি :— শাউদে শাউদে হংবিবা য়াই। হা: হা:, মীনস্থু ভাঙ-
নবিরিবোইরে অহুম্নগা। ভকখেদা।

রেখা :— ডিয়ার শান্তি, মীনা য়ান্না কন্না মহায়নখে, প্রোফে-
সারশিং অমস্লুং ষ্টুডেণ্টশিংনস্থু লোইনা অহুম্না ভাঙনৈ।
চুম্নবদি হেক্তা শেংনা হায়দোকপিয়ু খঙজনীংহনা তৌবনি
কৈদৌগে। খঙনীংবগী ঈথৌ লাংলবী ঐবু নপাও তাহন্ন
রোইদ্রা ? পাপ পুজনিকো।

শান্তি :— রেখা। ভসি ফাওবা ঐভোন্দা ন্নাহং অসি কনা
অমত্তনা হংথিদ্রি নং নত্তনা। জপত্তা লাইবক থীবা অসি
ঐনা মহেন্নে রেখা। ( ন্নাখল ভাইহাক তৌই ) মান্নি।
ঐহাক লাইবক থীরবা বীরসিংহ অহুগী মচানি। অহুগা,
ঐগী পাউথুম অসি নংনা কনা কনাগুম্বদা ন্নারী শাদোক-
পিয়বদি ঐবু হাৎপা পাপ পুকো লেপ্পা।

রেখা :— হাঃ হাঃ, কনাদস্মু শাদোকচয়োইরে। আ—সুনা তিম্নরিবা মরুপকী ফত্তনববু হোৎনবা হৌনরা ?

শান্তি :— হাঃ হাঃ, মাম্নি রেখা। নংঙোন্দা ওইবগী অদুক হায়-জবনি, নত্রবদি ঐ অচুম্বা পরিচয় তাক্লয়োইদোবনি থক।

রেখা :— অহমগুবা য়াহং অসিদি লম্নাইগী য়াফম ওইনা তৌখ্রে। অদুগা, মথোক কারকপী অমনা মগুং-মমায়বা নিপা নহাদা হংস্মু থক হংনখিদ্রি। তৌওম্বী মুপী তাখিগত্রা হায়বগী চিংনবনা ওম্থোক্লস্মু কিজ্রে, ঈকাইবা অমস্মুং হল্লোইবনা ঐবু খুদুম চনখ্রে। ওসিদি হংবা ওমলোইদৌরে, মতাং খাইদা য়াহং লোইজররে, করিগুম্বা দিন অমদা ভাব তানা হংলগে।

শান্তি :— রেখা। মদুনা নংগী য়াহং অদু অমুক হেন্না মমল য়ামহনখ্রে। ঐস্মু নহাক্কী নপাও তাগদৌবগী শেম-শাদুনা লৈজরে, মতিক চাবা পাউথুম পীজরগে, চিংনবা লৈতনা হায়দোকপিরো।

খেরা :— হুম, ওসিদি তোক্লসি শান্তি ; ঐ নোংমা হায়জরগে। নংস্মু হোট্টেলদা চঙহৌরো, ঐস্মু য়ুমদা চৎখ্রগে।

শান্তি :— হাঃ হাঃ, ঐনা ওশার হায়খিবা, নংনদি য়াম্না শাউখিবা, আ—মীরু হায়বা অদু চুমক্রেদনা। হায়বদি—সিম্পাল মাইণ্ডেডতি থক ওইবিদ্রে হায়বা। অদুদি—তানীংলিবা য়া অসি হায়দোকলমত্রবদি মতুংদদি থক য়া ঙাঙনরগুমসি, কৌনরগুমসি। গুড-বাই। ( চৎকে তৌই )

ৱেখা :— ( তাম্নহুনা ) ঙাইখো শান্তি। নহাক য়াম্না শাউর-মায়ে, তপথখো। ঐ নহাকা কৌনদবা ঙমলোই, হায়ৱগে তায়ো।

শান্তি :— ( চঙশিন্নরক্তুনা ) হায়রোনে হায়রোনে।

ৱেখা :— ( ক্বিতম হন্জিন্না ) নহাকপু হেক উবা ঙুম্মিত্তগী অকনবা যৌবনগী ঈথক হৌন্নকখি। তথক তথকপী, তয়াং তশোইবী পুনিংনা ঐবু মিপাইহল্লি। ঐগী মমল য়াম্নবী থব্বায়-হকচাং পুম্বা নকম লাংদা শিন্নখি। ঐগী পুক্নিং হৌজিক নঙোন্দা ঈকাই ঈকী নমথেক্তুনা ফোঙদোক্লি। নহাক্না ঐবু তৌ-ঙন্বী-অঙাওবী তাহনবিন্নু, থুংহনবিয়ু ঐগী আশা।

শান্তি :— ( অমুনবা শক্তম পুত্নুনা ) বিধিগী থুংশেম ওইবা তাই। নহাক্কী মিৎয়েংগা ঐগী মিৎয়েংগা চানবা খুদিং থম্মোইগী পাউদমখোল তত্তনা ফংখি। পুক্নিংগা পুক্নিংগা য়ারী শা-নহুনা যৌবনগী অকনবা ঈথক-ঈপোমলক্কা তাউমিন্নৈ। ঐস্নু মহু খঙদবা নত্তে ৱেখা।

অহুবু, নীংবা থুংনবগী আশাদা অপনবা মরম খরা লৈরি। মসি নংদি খঙলিয়োইদো ৱেখা। অহুনা, ঐখোয় ’নিগী আশা ঙসিদগী লেপ্প্রসি ; মথংগী মপোক-লাংঙোন্দা ( লাংওলদা ) নীংবা আশা থুংনসি। মহুনা ফগনি ৱেখা।

ৱেখা :— হায়বিগন্নু মহু ঙমজরোই। তাকপিয়ু অপনবা মরম-শিংহু, নিঙোল তেমশীংজগে।

শান্তি :— অহানবা মরমদি—ইহৈ তম্বা লোইহ্রিদ্রৈদা অপাম-মুংশি

রাখল্দা লুপ্লবদি অরেপ্পদা চাওখত্তনা নং-ঐ মাওমিন্নখিগনি।
মহুৎশীনবক ঐনা কিজে য়াম্না !

রেখা :— ঐগী আশাবু থুংহনবিরবদি, পুন্সিগী নহাক্কী লোয়নবী ওইবিগনি হায়বিররদি, ইহৈদা থন্নায় য়াওজগে, নহাক্কী লমজিং ইজগে। অকনবা যৌবনগী ঈথক্তা আপ্পা থুহ্নম চজগে, রুমক পল্দোল লোম্নসি, পুন্সি-মিংথৈ লেপ্পসি।

শান্তি :— অতোপ্পা মরম অমদি—ঐদি হরিজন মচানি, লোই মচানি, লোয়্য়া-তময়াদা লৈবা লমজা মচানি। লূরবা ঈয়ায়দা তাওনা শাংপী লৈরাং নংবু ইকাই কাদা থম্বদা অমোংপী লৈরাংনি হায়হনা মীনা পাউথোকপিনি। নিঙোল পোকপী পলেম-পম্বৌনা নঙুং লাংগাদমক্তা ওন্না থোইনা কপকনি। সমাজগী থোঙজিন থোঙজিন্দা নহাক্কী চঙকম লৈরোই। মহু নং করম্না খাঙগনি রেখা ? ঐদি য়েংবা ওমজরোই।

রেখা :— পূম্নমক ঐঙোন্দা অরায়বনি, নহাক্না ঐবু চানবিয়ু। সমাজগী তমথীবা মিৎয়েং, কল্লকপশিংগী তমথী শাজৎ, পলেম-পম্বৌনা ঈথোকপিবা, পূম্নমক ঐঙোন্দা অরায়বনি, খাঙবা ওমজগনি। ঐনা ওমজরোইদোবদি নহাক্কী তমথী-মিৎয়েংদনি, ঐবু লৎনবিয়ু।

শান্তি :— অহ্নদি রেখা, সত্যনা শাক্কী ওইসিনু নিঙোল হাংপা প্পাপ পুগে, ওসিদগী হোনা নংবু থম্মোইগী থোয়দাবী লৈরাং ওইরবনি, মৈতাম্না রাখৈত্রিবা কাওবা নহাকপু থক থাদোক্লরোই।

( অখুৎ পান্নহুনা মোজ্জাম লোক্লগা )

থাজবিয়ো ঐবু, নিঙোলগীনি ঐ অসে।

রেখা :— ( হন্নাও মীনোক্স ) ফুংঙাইজরে, ঐগী আশা জুজরে। ঙসিদগী হৌহ্নুনা কনাগুম্বা খোইমু ইমাজ্জবা মিথক্কং কারণ চংজরোই, মপু পাল্লগী লৈরাংদি হায়বা থজনা মালংবান্দা শাৎচগে; সত্যনা শাক্ষী ওইসিনু।

শান্তি :— পুন্সিগী কায়নগুমসি।

রেখা :— কায়নজরোই।

( অস্নুম্না ব্লারী শাহ্নুনা মখোয়'নি চৎমিন্নরে। মখোয়না হেক খোকখিবগা প্রোফেসার রাজেন্দ্র চঙলকই।)

প্রোফেসার রাজেন্দ্র :— ( থুবাক লাইথল তাহ্নুনা খুনীং কাওহুনা তাম্না তাম্না য়েংহুনা চঙলকই )

কনা কনানো মখোয় অনিসিদি। আই, মুপী অসি কেশব ঠিকাদারগী মচানুপী, অমত্তা পোকপী থাদোয়, রেখানিনা। নিপা অসিনা কনানো ? ( ঙাইহাক য়েংই )

শোয়দে, লোই মচা হরিজন শান্তিকুমারনি। করিগীনো মখোয় অনিনা নায়তোম চৎমিন্নহুনা ব্লারী শামিন্নরিবা, হন্নাও-নরিবা। হাঃ হাঃ হাঃ। মখোয় অনি অসিবু মখোয়গী লভ লৈনবা গা হায়হ্নরা ?নত্রগা—লোইমচা অসিনা হোল ইউনিভরসিটিগী ফাষ্ট ওইরকপা অহ্নুদা, হাঃ হাঃ, সিম্পল নাইণ্ডেড ওইনা গুড টরমদা হন্নাওমিন্নরিবা রাংলা ?

হাঃ হাঃ, অমা অহ্নুবু নত্রবদি কৈয়ে, ঐখোয়স্থু হন্না-

নরিবনি, কলেজগীস্থ মায় পাক্লিবনে। নুত্ত্রবদি— (শ্রুউবা) হুয়্, পঙশাউ শাউরা য়াম্রি মরম্ তশেংবা [illegible]না। থরা কুপশিন্না য়েংশিনথিদবা য়াম্রি মখোয় অনিগী [illegible]-শাক্ৎ, অওইবা তশেংনা খঙলগা শাউগদৌবনি। কপ্লিক্কা মরান লৈরব্রবদি মখোয়গী প্রেম-থৌরী থদৎকনি। ম্লাঙ্গনবা শীনগনি !

( তাইহাক রাখম তৌই )

অমত্তা পোকপী মহাক অসে, মমা-মপান। ঐঙেন্দা লুনা শিন্নবনি, নিত্তিগী ঐনা ময়ুমদা চত্তুনা চেকশিন্না প্রাই-ভেট তম্বিরিবনি।

( অমূক তাম্না য়েংই )

এঃ অমনা হোষ্টেলদা চঙঞ্রে, অত্থগা অমন্না ময়ুম-লোমদা চৎঞ্রে। ফরে, ওসিদি ওসি ওইপ্রসিন্থু মত্থুংদি—।

( তুংলোমদা য়েংথোকখিবদা উরহুনা )

আইঃ, লাক্লিবা অসিনা কনানো ? শোয়দে, মসি তাইবুংঙো কেশব ঠিকাদারনি। মহাক্তি মচাগী মরমচৎ অসি করিস্থ খঙলমলোই। অত্থবু, অওইবা খঙত্রিবনিনা তমথোকলুবা য়াত্রি, অত্থনা ঐস্থ করিস্থ খঙদবা শাত্থনা ইচম চম্না লৈথোকখিগে। ( চৎপা হৌশিন্নৈ )

কেশব ঠিকাদার :— ( থুনা চঙলক্তুনা ) ইবুংঙো নত্রা ? ইবুংঙো প্রোফেসারবু, নমস্তে।

রাজেন্দ্র :— এঃ নমস্তে তাইবুংঙো। রেথাস্থ কাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌরক্নে। তাবিন্নিনিনা তাইবুংঙোস্থ।

কেশব :— হাঃ হাঃ, রেডিওদা ওরাং মুমিদাং হায়কেৎ লাউ-খোকবিবা অদু অদুগী তাবগুম তৌখি। অদুবু, রোল নম্বর-শিংবু চুমরিগদ্রা অশেংবা খঙজনীংদুনা।

রাজেন্দ্র :—অচুম্বনি তাইবুংঙো, কলেজদা অচুম্বা রিজল্ট লাক্লে।

কেশব :— (হরাওনা) হাঃ হাঃ য়াম্না মুংঙাইজরে। ইবুংঙোনা থবায় য়াওনা হোৎনবিবদগী মঙল ওইজরিবনি। মতুংদসু শিয়জরি।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ ফনি ফনি হোৎনজগে। ঐনসু হোৎনজবা, মশানসু থবায় য়াওনা হোৎনবা অদুনা ফরক্লিবনি। ফনা মকৈ, ইংলিসতসু লেটর ফংই। মতুংদসু মমা-মপা ওইবিরিবা তাইবুংঙোখোয়না মথবায় য়াওজরিবা অসি হন্দনবা য়েং-শিনবিয়ু।

কেশব :— ফনি ফনি ইবুংঙো, হোৎনজগে। অদুগা, ইবুংঙো-খোয়গী কলেজগী ছাত্র অমনা ইউনিভরসিটিগী ফাষ্ট ওইরে হায়না তাববু অচুম্বা?

রাজেন্দ্র :— (মুংশিদবা খোম্থোক্লা) হোয়, হরিজন মচা অমনা ফাষ্ট ওইরে।

কেশব :— হাঃ হাঃ, মথবায়বু য়াওরবদি ইবুংঙো পঙথবা-তোনবা লোইমচানসু মীথোই-মীহেক্লকই হায়। লায়রবা ইবুংঙো ইয়াম্বনা হায়রিবা অসি?

রাজেন্দ্র :— আম, চুম্বাজাৎনি তাইবুংঙো। মহৈগী মরমদা লায়-রবা ঈনাকখুনবা, অচৌ-পিশক, পিতৎ পাদৎপা হায়বা থায়রে; মথবায় য়াওনা হোৎনরগা হেক্তা মরোইরে।

অহুমদি ওইরবদা, অহল-লম্মনা মবুক্কিং থৌগৎপিত্রবা নত্রগা তি[illegible]া সঙ্গম মস্তুং লমচৎ-শাজত্তা মিৎয়েং চঙশিনবিবা ম্নাংলবদি অকবা ছাত্র-ছাত্রী কয়া কয়া অরেম্বদা কোনচাক ওইহনা মাগুই।

কেশব :— হোয়নে ইবুংঙো, চুম্মে'বা।

রাজেন্দ্র :— ( মখোল ওন্দুনা ) অহুগা তাইবুংঙো, লাইব্রিক তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা কেমিষ্ট্রি লাইফ, হায়বদি—য়ুম্বানবগী পুন্সিদা হেক খোঙদাগে থল্লকপদা মখোয় মাঙলবনি।

কেশব :— হোয়নে ইবুংঙো। মহুগী রাগ অহুদি লাইব্রিকা পাবা চঙ' পোৎ নত্তেদো। হা: হা: হা:, লাইব্রিক হেক হাংদোকপদা লাইব্রিক ময়েক্তি হেক লৈরমত্রহুনা মাগী ওশাইগী সিবী-সিবাহু হেক্তা লৈরম্বগুম্না উৎঙ্গেনে মমিত্তা। হাঃ হাঃ, মহুদবু মহে তম্বগী ভাব লৈগত্রা হায়বা ইবুংঙো?

রাজেন্দ্র :— হা: হাঃ, মহুমক্তি তাইবুংঙো। অহুনা, মমা-মপা ওইবশিংনা মচা পাথং-লৈশাবাঁশিংবু লমচৎ-শাজৎ কন্না য়েংশিনবা দরকারনি। হায়বদি—নৌরিতৈদা চেক তোহো-রবদি কত্তবা লমচৎশিংদগী কনবা ঙমই।

কেশব :— মুংঙাইজরে, ইনাওগা ঙাইহাক ম্নারী শাবা অসিদি পুক্নিং-লৌশিং য়াম্না ওইজগ্রে।

অহুগা ইবুংঙো, ঙসিদি মেন-মান তাদবা খৌদোক অমা হেক থোক্লেনে।

রাজেন্দ্র :— করিনিনা তাইবুংঙো?

ঠিকাদার :— ইয়াম্বনা হৌজিক লুপা লাক মঙাগী থোং অনা ঠিকা লৌজরিয়ে। মতুদা থবক শূরিবা মিত্রী অনিথক থবক অস্তুম শূনা শূন: মরৈ য়েৎনরস্থদগী কল্লা হেক মফু-নরক্লেদা। অমনা হায়, "খৃঃ ১৯৫০ গী জাঃ তাং ২৬ তা ভারত রি-পব্লিক ওইগ্রে, সুমিৎ অহুদগী হৌনা ভারত্তা নিংথৌ পান্ত্রে, নিংথৌগী পান্নার লৌথোকঞ্জে। মসি ওস্থোক্লা ফৎখিদ্রে, মরমদি :— নিংথৌ পান্দবা লৈবাক্তি লৈহৈদে, লৈবাক কাং-থোং চাইরগনি। নিংথৌদি বিষ্ণুনি, লাইনি।" সিনিনে ইবুংঙো।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ, মতুদা অমনা করি হায়রিবা ?

কেশব :— অমতুনা অস্তুম্না অযুক হায়রিয়ে, "সুমিৎ অহুদগী হৌনা ভারত অসি তশেংনা প্রজা-রাজ ওইখ্রবনি, তমথী-রবা নিংথৌগী শাসন ভারত্তগী থাম্না চৎখ্রবনি। অতুনা, ভারত-বাসী ঐখোয় নোংমা নোংমগী চাওথৎলক্লগনি।"

অস্তুম্না ওাওনবদা মখোয়'নিনা শ্লোক অমসুং প্রমান-পাষ্টে তৌনবশিং অহু অঙকপনি, তাবা ওস্থোক্লসু মুংঙাইখ্রে। মখোয় অনিগী মরৈ অহু মুংঙাইমনগ্রতুনা ঐসু হেক মথাম-জ্রে। অহুদগীদি, ব্রা কা থরা থরা হেক হেজিমরক্লনা "পাক। পাক" হেক মথোমুরক্লে। অঙকপনিনে ইবুংঙো, ময়াম্না থামলমত্রবদি অপায় অপায়বা খুৎলাইন্না থানত্তুনা শিরমগনি হায়বা।

রাজেন্দ্র :— মহুগী ভাব অহু ননাও শেংদোকচগে তাবিয়ু। অহানবগী নিপা অহুনা হায়রিবা অহু বেদ-শাস্ত্রগী মতুং ইন্না হায়জরিবান, অহুগা অকোনবগী অহুনা হায়রিবনা রাজনীতিগী অনৌবা খোঙথাং মতুং ইন্না হায়রিবনি। অনিমক লোইনা চুমই, মনুংদা চেল্লিবা ভাব-রসকী ঈচেল য়াম্না কুপশিল্লি, অহুগা নীংঙ্খিনা ভাব তানা ব্যাখ্যা তৌন-ব্রবদি চপ মান্নবা ভাব লৈ।

কেশব :— অং অং, করন্না হৈবুংঙো। মহুনি ইয়াম্বনা তাজনীং-লিবস্সু।

রাজেন্দ্র :— 'সিনিমা তাইবুংঙো। হন্দক ভারতনা রি-পব্লিক ওইরিবা অসিদি কুশি-রাশি তৌনা মনীং-মখা তন্না পানবা তমথীবা নিংথৌ পুম্বা লৌথোক্লগ। মহুগী মহুত্তা প্রজাশিংনা পাম্বা অফবা মীশকশিং মীখল তৌহুনা হাপ্লগা নিংথৌ-শিংগী শাসনগী শক্তি পুম্বা শিন্নহুনা লৈবাক ঙাকহনবনি। হায়বদি—ইলেকসনগী মতমদা প্রজাশিংনা ভোট পিহুনা মীখল তৌরিবা অহু নিংথৌগী মহুৎ শিলহন্দুনা শাসনগী ভার পুহন্নবা মীশকশিং খনবনি। নত্রদো তাইবুংঙো? হান্নগী রাজপদবী ফংলিবা নিংথৌশিং অহুদি প্রজাশিংনা পামন্ত্রে হায়হুনা লৌথোকপা ওদুগী শক্তি লৈত্রে, অহুগা হৌজিকী শাসন পুরিবশিং অসিদি চহি মঙাগী মতম হেক লোইবগা মখোয়গী মতম লোইরে। মহু ফাওবা মখোয়-না মতিক য়াম্না চাদহুনা লৈবাক প্রজাশিংদা অকায়বা অমুম

চৎশিল্লক্লবদি প্রজাশিংগী অপূনবা খোল্লাও চপ হেক মাম্নযকপদা হেক্তা মকম লৌথোকপা ম্লাই। নত্রগা মতূংগী মীথলদা মখোয়না অমুক লেপচনকপদা প্রজাশিংগী ভোট ফংবা ওমদে। মরমশিং অসিদগী প্রজা-শক্তিবু কিবদগী মখোয় কত্তবা য়াত্রবনি। হৌজিক অসিদা কনাগুম্বা শাসনগী খুর্জি পায়রিবশিংনা কু-নীতিগী কত্তবা শাক্ষৎ চৎপা য়াওই হায়দুনা শাউনরিবা অদু প্রজাশিংগী অপূনবা শক্তি য়াত্তুনা মকায় মকায় তৌনবদগী তৌরিবনি, নত্রবদি থক ওমলোইদৌবনি।

অসুম্না মখোয়বু ভাব তাহনবিরবদি ভারত নিংথৌ পান্দবা লৈবাক্লি হায়বা অদু তংশেংনমক থক হায়বা য়ারোইদৌবনি। অদু ওইরবদি মখোয় থক থংনবা য়ারোই।

কেশব :— হোয়নে ইবুংঙো। মিনিষ্টর, অফিসারশিং ওইরিবশিংদি ফবু করিয়ে, মখোয়গী খোঙলোয় ওইরিবা খুজ-মুজ তৌরিবা মীশকশিং অসিমা ওম্থোক্লা তুকচপ্রেদা ইয়াম্বদি। মখোয়না হঞ্চক-ওাচক হেক শাহনা মশাগী কান্নবা থিবদগী লৈবাক্তী শাসন অসি ওম্থোক্লা মোৎহনখে। মখোয়না খুজ-মুজ তৌবদা য়াত্রবা প্রজা কনা কনাগুম্বদা "মিনিষ্টরনা শাউই, অফিসারনা য়াদে, অদুম তৌরবদি হা অদুদা তাক্লগা নকম তাহনগে, দণ্ড অদু ফংজগনি।" অসুম্না নত্ত-পাউ শন্দোক্তুনা মখোয়গী কান্নবা সুবিধা

লৌই। তুঙ্কচাঙ্গেদা ইবুংঙো ইয়াম্বদি অসিগুম্বা মীশকশিং অসে ওম্থোক্লা।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ, মাগ্নি মাগ্নি তাইবুংঙো। মখোয়গী সমাজ বিদোহি ওাক্লি, ইরৈবাক-প্রজাশিংগী য়েক্লবনি। প্রজা মীপুম খুদিংনা এডুকেসন চপ মান্ননা ফংহনা মহৈগী জ্ঞান মপুং ফাত্রিবা ফাওবা অহগুম্বা মীশকশিংনা কু-নীতি শা· ম্নহনা মশাগী ওইজবা থিবা ওমখিগনি। অহননি হৌজিক ভারত-সরকারনা মীপুম খুদিং অঙাং-অহল থাক্তনা শিক্ষা পীনবা কম্না লাক্লরিবা।

কেশব :— খওজরে, ইয়াম্বা ভাব তাজরে। অহুদি ব্লারী শানা ইচীল-ইনাও ’শুম লেঙসি, লম্বী মতেক অমা তিন্নার।

রাজেন্দ্র :— ফনি ফনি তাইবুংঙো, লেঙলসি।

কেশব :— ইবুংঙো। লাইরিক খরা নীংথিনা হৈরম্নবদি ইয়াম্বা মুংঙাইরমগনি, হায়বদি শুমতৌবা—ইংরেজী লেঙ্গোইজ অসি ইয়াম্বা নীংথিনা লোনবা ওমদেনে। অহুদা············

( অশুম্না ব্লারী শার শারহনা চৎমিন্নখে )

২শুবা শরুক

১বা উৎপা

# চৌকিদারগী ঝুম

## ( ২—১ )

### মতম নুংথিল

( রিডিং রুমদা রেখানা শান্তিকুমারগী ফোটো য়েংদুনা চৌকিদা ফমদুনা লৈরমই। অম্বুম য়েংলম্বদগী ফোটো পায়রগা ৱা ডাওদুনা হৌগৎলকই। )

রেখা :— ( প্রেম ভাবনা থ্ মহত্তুনা ) শান্তিকুমার, ঐগী থম্মোইগী মণি। নহাক্না হায়খিবা ৱাহৈশিংদু ঐনা পুন্সিদা খক কাউররোই। হোৎনগনি, ইহৈদা পুক্নিং চঙগনি। নংন্তু কন্না হোৎনৌ, ঐখোয়নি উত্তমপুর দেশতা ভানসি। ঐ-খোয় অনিগী মীথোই-মীহেনবগী গুণনা মরম ওইদুনা ইপা বীরসিংহবু রাজপদবী কংহনসি। রাজ-শক্তি পায়দবা পেন্সন চাবা নিংথৌ ওইজসিন্নু, ধর্ম্মনীতিগী হীরমদা হিনাও শা-দুনা প্রজাশিংবু লমজিংহনগনি। ইরৈবাক-ইজাতিগী চাওখৎ লমজিংহন্দুনা ভারত-মাতানা চানবা মীশক ওইহনগনি। ইপাগী মরল পুম্বা মতুগী অচুম্বা লাম্বৎনবদা লোইনা

শীজিন্নথোক্কনি, ঐনা করি'মতা পান্মুরোই।

( রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লি )

অত্তুদি, ঐখোয় 'নি কন্না ইহৈ তমথসি। অত্তুদনে, নহাক্কী মুংশি-রাখন্না ঐবু হেক হেক অপুন্নহল্লি। ঐবু হেক হেক কৌরকই, খোয়রুম মোমোন নোকলকই, মত্তুনা ঐবু ইহৈগী রাখন্দা অপনবা পী। হায়য়ুনে করিগীনো সুকখুম খুমদ্রিববু নংনা? নরোল থোকত্রবরা নংবু নত্রগা ঐবু ঈকাইজত্রা?

( মুন্না চিংনা চিংনা য়েংজৈ। কামগী ঈথক-ইপোন্না খুমহত্তুনা মশা ঈতাও তাওই। অমুনবী শক্তম পুত্তুনা প্রেম রাগগী ঈশৈ শক্লকই। )

## ঈশৈ

হে খোইমু মীওৎপা!
নংবু পুকচেল শেংবরা,
শেংদ' অফ শাবরা?
রাহল্লগা লৈরাং' পুন্সি,
কেমহল্লগা শাম-পাঙ্গল,
পাইখি' খোক্লবদি নংনা
খোয়দা' লৈরাং তমত্তুনা,
আ—রাজনিদা লৈরাং ঐনা।

মিপাই চাউবী লৈরাংনি,
ওমজরোই খাওবা কায়নমৈচাক
ও—তাহনবিস্নুকো মিংকী পিরাং।
( ফোটো য়েংহুনা )

হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। নীংওমদবগী হায়বনি, নংদি পুক-চেল শেংবনি। পারসিনে লাইরিক্তো থরায় য়াওনা।

( ভাওনা ভাওনা চঙলক্লুনা চৌকিদা ফমথরে। মমাঙদা টেবল মথক্তা ফোটো থম্নগা লাইরিক ফাক্তোক্লুনা পারা পাবা হৌরক্লে। মখোল থোক্না ইংরেজী লাইরিক পাবদা প্রোফেসার রাজেন্দ্রনা মনাক্তা চঙলকপা তাখিদ্রে। মমাঙদা লৈরিবা ফোটো অহু উবদা শান্তিকুমারগা মাগা লৈনরিবা মরী অহু হেন্না থাজদ্রে। নোকফেং তৌবা কল্লকপগী রাখল খল্লিবা রাজেন্দ্রনা ফোটো লৌখংকে হেক তৌরকপা তাঞ্জা অহুমক্তদা ঊরক্লুনা মহাক খংপ্রেক খংই। ফোটো খংলো লৌশিন্দুনা মাগী হকচাং থেংননা ফুরিং মমুংদা থাদখে। )

রাজেন্দ্র :—( শকফম শেমহুনা ) আ—ইমাগা পাবুংগদি ? লৈব্রা ?

রেখা :— ( থগং-রাভাওনা ) আ—ওজা, কনাসু লৈতে, থবক চথোকখি।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ হাঃ, য়াম্না তান চারে, ঐ নঙোন্দা রা থরা হংবা তারি। আ—হায়বদি, করিগীনো নংনা মাবু অহুক য়াম্না লুনা নীংলুরিবা ? মমল য়াম্নবী তাঙলবী

নংগী নথন্নায়-হকচাং অতু মহাক্কা মনাই ওইগে থল্লব্রা ?

( থানা য়েংই )

হাঃ হাঃ, য়াখল অতু থাদোকপনা ফগনি। মীশক অতুদি হরিজন মচানি, লোইমচানি। ঐখোয়না তিন্নবা য়াদে মাংই হায়না ঈম্বোক্তুনা থম্নবা তোনখ্‌বা হরিজননি। অতুক চাওখৎখিব্রবা মহাক অতুবু করিগী নংনা ঈশ্বরগুম্না লুনা নীংলুরি ? হা ? করিগী খুমব্রি ?

( রেখা লুকথখিবদগী মরাই হঙ্গৎব্রি )

হাঃ হাঃ, নরন্না চীংগুম্না পৈরবী তাওনা পোকপী নহাক্কি, নংনা তোগে খনবদা নিংথৌগী মচানুপীদগী হেন্না ননীং তন্নিবী নহাক্কি। অতুগুম্নবী য়াইফবী নহাক্না করিগী ইপা ইপু চিংথনবা থবক তৌরি ?

( থানা অমুক য়েংই )

হাঃ হাঃ, য়াখল অতু থুনা থাদোকউ। অঙাং ওই-বগী খঙদতুনা মাওঙমচত্তা শোয়ন্নবসু তুংলমচত্তদি তোক্লো। হা ? করিগী খুমব্রিবনো ঐনা হংলিবা অসি ? নংবুনিবে রেখা। ( রেখা মরু লুক্কুনা চৌকিদগী হৌগৎলগা হন্দোক-তুনা লেপ্পুনা লৈখে। )

( য়াম্না শাউনা ) ঐনা থাজে, লোইমচা পিদৎ-পাদৎপা অতুনা অচাউরম পামতুনা কাইহৌবা শোয়দনমক ওইরম-গনি। ঐখোয়গী কলেজ প্রিনসিপালদা তাক্কুনা মাবু

কলেজদগী শোয়দনা তাম্থোক্কনি ; অদুগা নপাবুংগা ইমা-গদস্থু তাক্কুনা মাবু তাম্থোকপা য়ানবা প্রিনসিপালদা দরখাস্ত থাহনগনি। মদুগী হিনাও ঐনা শাগনি।

রেখা :— ( মপি শীন্থনা খুম্নকই ) ওজ্জা। ঐগা মাগা মরী করিমতা লৈনজদে। মরুপ-মপাং ওইবগী হঙ্গোইনদদুনা ঙরাং ঐনা মাগী ফোটো লৌরকপনি, হয়েং অমুক শোয়-দনা পীখিগদৌবনি। ওজ্জানা চানবিদুনা ইমাগা পাবুংগদা তাকপিরুগন্থু, ঐবু য়াম্না চিংনদুনা ক্রুরগনি, অদুগা ওজ্জা-প্রিন্সিপালদস্থু কাব্রি করি হায়জিনবিরুন্থু।

রাজেন্দ্র :— ( শাউনা ) অং, হৌজিক ফাওবা মীনম্বা ঙাঙলি রেখা। চেনবা স্থকয়া য়ারোই, নখোয় 'নগী লমচৎ-শাজৎ ঐনা য়াম্না কুপ্পা য়েংলিবনি। অনি-অহুম্নক শুরে হুরানবগুম্না লোম্না লোম্না নখোয় অনিনা লম্নাইগী ব্না ঙাঙনখিবদু ঐনা থেংনবা, কদায়নো খন্দুনা ঐনা নখোয়বু ফাবিদব্নি। খঙলব্রা ? (শাউনা চঙশিন্দুনা চৌকিদা ফমই)

রেখা :— ( য়াম্না থাউনা ) ওজ্জা ! অদুদি। করিগীনো ওজ্জানা ঐবু অদুক চেকশিন্না শেন্নবিরিবা ? ওজ্জানা পুকচেল শেং-লবদি ঐখোয় অনিনা ব্না ঙাঙনরিডৈদা ফজ্ঞে তোক্লো হায়না থাম্বিবদি য়াত্রা ? ঐখোয়দি য়াম্না পুকচেল শেংজ-বনি, ওজ্জানা পুকচেল শেপ্পগী পঙথল খঙ্গবনি।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ হাঃ, অচুম্বনা অরানবা তারবা। অঙকপনি।

মহ্ থনবদা ঐখোন্দা য়াম্না ঙক্না থোকই! হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ।

রেখা :— ( অমুক্না হেন্না শাউগত্তুনা ) সট-অপ! তানীংদে চৎ-শ্নো! ঙক্নীংলগা ঙকচৌ! ঐঙোন্দা লঙনজরকনু! চোপ-চগনি!

রাজেন্দ্র :— ( শকফম হুঞ্জিন্দুনা নেমথনা ) ইহে রেখা, নং য়াম্না শাউরমাল্লে, শাউখিনু তপথখো হায়বা। হায়বদি—নখোয়গী ফনবগীদমক ওজা অমা ওইনা ঐনা অহুক হ'য়বতনি। হৌজিক কালগী নখোয় ছাত্র-ছাত্রীশিং অসিদি ওজা-গুরুবু ওস্থোক্না থৌশাখিদ্রে, ব্যবহার লৈখিদ্রে।

( ওজাগী ব্লাঙাঙ তাবদা রেখা হিক্না কপগ্রে )

য়েঙেঙায়, নখোয়বু জ্ঞান তাকলিবা ওজাশিংনিনে। ওজাগী ময়াথং ইন্দ্রবা অহুগা মখোয়বু হন্থাননা থল্লবদিনে, নপুন্সিদা থক চাওথৎলরোইদৌবনি থঙজৌ।

( তাঞ্জা অসিমক্তদা মমা চঙলক্কুনা তৌনরিবা মতৌ অহু করিনো হায়হুনা লোম্না তাররে। )

কপ্লগনু তোক্লো হায়বা। সে, লাইরিক তৌরসি লাকও। লাকও হায়বা। য়াত্রগা ঐ চৎলগে?

রেখা :— ( কপশাউনহুনা ) চৎনীংলগা চৎচৌ। লাইরিক্না অমত্তা তম্বিরনু। ( শাউহুনা ঈমুংদা চঙখিগে হেক তৌই )

বাসন্তি :— আ মুপিমচা! ( মখোয়'নি থংপ্রেক থংই ) হাঃ হাঃ

হাঃ, থংস্থ থংজবা শারি মাই' মচাসিদি থীদা।

( ঙাঙনা ঙাঙনা চঙশিল্লকই )

করিনোনে নপা-নচানা তৌনরিবা অত্থবো। মাই ওজানা করি হায়রিবা, মত্থদা নংনা করি য়াদ্রিবা ?

রাজেন্দ্র :— ইসঃ, ওস্থোক্লা ঈকাইজব্রেদা ইতৈমা'বেম্মগী হৌজিকী য়াহৈ অত্থ। অা করিস্থ থোইদোকপা হায়নবা নত্তে, পারা ঔরাইরমদে ফাদে হায়ত্থনা ঐনা থরত্থক ঙাঙজরুরে, অত্থদা শাউরিবা।

বাসন্তি :— ( নোকাশিন্নত্থনা ) ইসঃ, অত্থগীবু কপ্পু নগা তৌরিবা। লাওনে নং' ওজাবু থরত্থক তাকহল্লখোনে।

( মথুং পায়ত্থনা চিংশিনগে তৌই, রেখা শাউত্থনা কস্থোকই। )

ইসঃ, মাই' ওজাদা য়াম্না হেক্তা মকেজখেদা চচাসিদি। হায়, নং' পাবুং কোক হেক লাক্লবদি য়া থোকচনি তৌররো।

রেখা :— ঐ হকচাং ঙমদ্রে, কোম্না পারগে।

( ফেৎ হাইদোক্কুনা ঈমুংদা চঙব্রে )

বাসন্তি :— হৈমা, মাই' মচাসিদি মথোঙ চাখিব্রেদা। (য়েংহৌই) অমত্তা পোকপগী লমকেৎ-লমহাইবা অত্থ মীঙোন্দস্থ হেক মতৌরি। ( ওজারোমদা ওনশিন্দুনা ) ইবুংঙো', নোংক্লাংব্রা 'সে ? ওস্থোক্লা মঙাওথীখবনে।

রাজেন্দ্র :— হাঃ হাঃ, ইতৈমাংবেম্মা। অমত্তা পোকপা অসিদি খয়খিং নাও মচাওরে। অদুগা লাক্লবস্থ খয়খিং মল্লারে।

বাসন্তি :— তৌরিবনিনে মহুমক ইবুংঙো। ইতৈমগীদি মানা পিবাস্থ নিঙোলস্থ হেক মওইরেদো, অদুদদি মনা তৌগে হায়বদা মতৌহল্লে, অদুনা নাও চাউরিবনি কেছুনা।

রাজেন্দ্র :— অদুদি ওসিদি ননাও হল্লরগে, হয়েং ভাব তানা তম্বীজরগে।

বাসন্তি :— কনি কনি ইবুংঙো লেওবিরো। আ—রারৌম্লুকো।

রাজেন্দ্র :—হাঃ হাঃ, করিগী শাউগদগে, শাউরদে। (হৌগংলকই)

বাসন্তি :— ইবুংঙো, লেওবিরো।

( প্রোফেসার রাজেন্দ্র চংখে, বাসন্তিস্থ ঈমুংদা চঙখে। ওাইহাকী মতুংদা কেশব ঠিকাদার থুংলরে। )

কেশব ঠিকাদার :— আমঃ (খোদেমই)। হায়, বাসন্তি! লৈব্রাও?

বাসন্তি :— ( খোরকই ) লৈয়ে মাই' পাবুং।

কেশব :— আ, নচাদি কদাইদা চংখে লাইরিকা অমত্তা পাব্রেনা?

বাসন্তি :— মশা ওমদে হায়দুনা হিপ্লি। মাই' ওজাস্থ চংখিবা হৌরিক্তা মওায়খি।

কেশব :— করি ওইনা ওমদ্রিবা জাৎনো? ডাক্তর কৌসি হায়রা?

বাসন্তি :— এঃ, কৌবিরুত্রবস্থ রাগনি। মকোক চিকই হায়দুনা ওাইহাক অদুক হিপচবা ওইরমাল্লে।

কেশব :— করে করে অহু ওইরবদি। অহুমকপু চেকখিলহল্লু, কোক হেক নাথোকখিনি। সে সে, কি ব্রোন'সি জৌশিল্লু।
( ফুরিং লৌথোক্লুনা পী, বাসখিনা লৌই। )

---

২শুবা উৎপা

# কালেজগী লক্ষ্মী

( ২—২ )

## মতম লুংমিদাংবাই

রাজেন্দ্র :— ( কলেজ ছুটি থাগ্রহুনা ময়ুমলোমদা কুল্লকই )
অওকপনি, মীওইবগী লমচৎ-শারুৎ অমসুং রাথল অসিদি অসিমওইরে হায়নীংঙাই লৈতে। ছাত্রীশিংগী মরক্তা মাদদি পুকচেল চমই, ঈয়াং-কারাং লৈতে হায়না ঐমা খল্লখ্রী। হাঃ হাঃ, ঐগী রাথল অহু থাজৈশংনা লাক্লিয়ে, মানা খাইদগী ওক্বী মুপী ওইরয়ে, কয়াদা ওকরবনো।
হৌজিক কান্দা প্রাইভেট তখিরিবা ওজা কনাগুম্বনা মাগী ছাত্রীবু লৌই। মহু অতৈদগী নত্তে, ঝৌবন মপুং কারবী অহুওবী ছাত্রীশিংনা মথোয়গী ওজাশিংদা ঈরাং হৌবদগী খুদোংচাবা অহু লৌহুনা থোক্লিবা ওক্লি।

ঐনা চহি ২ রোয় হেন্না মাবু প্রাইভেট তম্বিরক-পদা অহুগুম্বা ঈরাংগী থূদম অমত্তা ঐত্তোন্দা পীখিদে, অহুনা ঐনা মত্তোন্দা লন্নাইগী রারম অমত্তা কাওখোকপা ওমখিদে। অহুবু নিতিগী মাগা অমুম তোৎন-তিন্নরবদি অহুগুম্বা থুদোংচাবা অহু শোয়দনা কংলকনি হায়না ঐনা আশা তৌরম্মী। হাঃ হাঃ, হৌজিক্তি অরেম্বদা তারেদো।

( রাখল থল্লি )

মহৈ হৈরবী মাবু লৌরগা মপাগী সম্পত্তি পূম্বা লায়না কংগনি থন্নবা ঐগী আশা পূম্বস্থ অরেম্বদা তারে। থন্নুরগা নোক্লীংবহুম পোক্লকই, মাগা হায়ন-শাংনবা মীশক অমা ঈচাউ চাউনা লৈবসিননিদনা। অহুবু, হায়রিবা মীশক অসিদি মমা-মপানা খোয়দাবা মীশক নত্তে। অহুনদি, মখোয় অনিগী মরী অসি থুগায়দবা য়াদে, মহুদদা ঐগী আশা থুংগদৌবনি।

( অমুক থূরপ চৎপা হৌরকই )

আইঃ, কনা কনানো অনি 'সিদি। কলেজ ছাত্র-ছাত্রী পূম্বা লোইনা হন্নখ্রবা কাওবা কন্নিগীনো মখোয় 'নিনা হৌজিক কাওবা নাৎহুনা লৈরিবদি।

( তান্না মুন্না য়েংই )

শোয়দে, রেখা-শান্তিনি। কয়াদা তৌওমগ্রবা। করে, ঐ থুনা চত্তুনা মপা ঠিকাদার ভান্নুখিগে। তাইবুংত্তো অহুহ নহান্দগী হৌনা মখোয় অনিগী মরম তাবদা

শাউবনা মৈ হৌদ্ধুনা লৈরিবনি। ওসিদি ক্নমৈ তৌগে, খুদোংচাবা তাঙ্গা অসি নাম্বোকহনবা য়াদে। হৌজিক মহাক ইঞ্জিনিয়ার অফিসতা লৈরমখিবা য়ারি।

( অশাওবা খোঙথাংগা লোয়ননা থুনা চৎখে, মরক অসিদা রেখা-শান্তি য়ারী শাহুনা লাকই )

শান্তি :— ( ওথক ওথক্না ) করি হায়বা রেখা? পাবুংগা ইমা-গন্থু ত্তারবা?

রেখা :— ( মথক্লায় য়ানা ) হোয়, ওসিদি নহাক্না য়ারম পুম্বা কুপ্পা খন্নদবা য়াব্রবনি। য়েঙ্ঙোয়, থা অমুক্তী মমাঙদা প্রোফেসার রাজেন্দ্রনা ঐঙোন্দগী নংগী ফোটো থেংনখে। মহুদা মানা ঐঙোন্দা ওম্বোক ওথোকপা য়া য়াম্না হায়খে, নংগা ঐগা লৈনরিবা মরী অসি মাদি খঙবা য়াম্না কুইরে হায়। মহাক্না কা হেন্না অম্থুম হায়জিল্লকবা অহুদা খরা ফগত্রা খন্দুনা ঐনম্থু অশাউবা য়াহৈ খরা হায়খে। অহুদা…

শান্তি :— ইস:! অহুদি য়াম্না লুখে, কমদৌনি ’সিদি। (থগৎলি) অহুদা করি করি ত্তৌনখ্রবা?

রেখা :— হুম, মহু হায়রক্লগী কান্নদে, য়া শাংলোকখিহুনা মতম শিৎনর্বান। খাইদগী লুরিব্রদি :— মানা ইমাদা করি করি ত্তমশিল্লুরমান্নে, ইমানম্থু ঐঙোন্দা য়াহং খরা হংল্লে। ঐগী ভাবমক্লা করিনো পাকুং কাওবা য়া অসি তারম্বা য়াই হায়না খল্লে মঙুং মতৌ উবদা।

শান্তি :— ( মিপাইহুনা ) ইস:! কমদৌনি ’সিদি, য়াম্না লুখেদা।

রেখা :— অতৈদি লায়রি, "ওজা প্রিনসিপালদা তাকনি, পাবুংবু দরখাস্থ থাহন্দুনা নংবু কলেজদগী তাম্থোকহনগনি, মতুগী হিনাও মানা শাগনি" হায়না প্রোফেসার রাজেন্দ্রনা হায়খি।

শান্তি :— ইসঃ! ঐহাক লাইরিক তম্বা তোকপা তারবা। কমদৌনি হৌজিক। 'সি থোক্কনি হায়তুনা ঐনা নহাক্লা নঙোন্দা হায়জেনে।

( মকোক পায়তুনা জ্ঞান মমতুনা মহাক ফমথখে ) 

রেখা :— (নোকশিন্নতুনা মখুৎ পায়তুনা চিংখৎলগা) ইস, ওস্থোক্লা তঙ্গল্লে ঐদি, নিপা ওস্থোক্লা মাঙ্গখিদ্রে। হৌগৎলো হায়রবা রা তান্নসি, হৌজিক পাখৎপা মতম নত্রে হায়বা। সেঃ, হৌগৎলো।

শান্তি :— ( তন্দে মান্দে হৌগৎলক্লুনা ) অতুবো, পিদৎ-পাদৎপা হরিজন মচা ঐনা হৌজিক তৌগদৌবা উপায় করিনো হায়বা?

রেখা :— ( শাউশিন্নতুনা ) ওস্থোক্লা হৈনখিদ্রে ঐদি। আ—খরা তৌরে "হরিজন মচা। হা অচু।" ঐ অমা ঈচাউ চাউনা নংগীদমক লেপ্লি। ইপাগী য়াম্মখ্রবা মরল-মথুম পুম্বা ঐগা লোয়ননা নঙোন্দা মরাইনা শিন্নজরকনি। থাজদ্রা ঐনা হায়রিবা অসি?

শান্তি :— রেখা, ঐদি মুপী-নহাগী মরল-মথুমগা মিহৌবিবা জাৎ নত্তে; ঈপাঙ্গল, ইরৌশিং অমসুং ইহৈগী মত্তেঙনা মাকোক থোংনা পানবা পামজবা অচম্বা মীশক্নি। ( শাউই )

রেখা :— ( নোকশিন্নহুন্না ) হাঃ হাঃ, শান্তিথিন্নু হায়বা ঐ-না ফাগি তৌবনে। য়েংঙেঙায়, ঙসিগী তাঙ্গা অসিনা নংগা ঐগা রা ঙাঙনবগী অরোইবা হুমিৎনি, মতুংদি ক্রক থিংখিবা য়ারি' পোৎনি। অদুনা ঐখোয়গি কুপ্পা রা ঙাঙনখোকসি, মতমশু থেংঙজিনরক্নদৌরে। ইমাখোয়-পাবু খোয়না কন্নিশী খেঙলক্লি হংলগা ঐনা থোকপা অমা হায়জিন্দুনা খুমগে।

শান্তি :— হায়রোনে অদুবো করি তাম্নসি হায়বা ?

রেখা :— ঐ য়াম্না রাখল তৌরবনি। লাইরিক তমথরবসু কোম্না তমথসি, ঐখোয়'নি ঙসি হুমনি শুবা হুমিত্তা শোয়দনা চেল্লসি। হংচিৎ লাইরিক তম্বা লাকপদা ঐগী লাইরিক খাউ অদু থম্না সনা-লুপা হাপ্তুনা পুরক্লগে, ঙসি ১০নি-মুক্তী মমাঙদগী হৌনা ঐনা থৌরাং তৌদুনা লৈরবনে। অদুনা হংচিৎ অসি টেক্সি গাড়ী অমা রিজার্ভ লৌ-দুনা মী খরা চিকপা পার্কিংগী মখা থংবা মতাইদা লৈরম্মু। লুপা চামঙা পীগনি হায়না ঙাঙনদুনা মী অমত্তা তোং-হন্দনবা, ঐখোয়গী থবক অসি মঙ্গল ওইনবা ঙাঙনরম্মু। ঙসি মতুংগীদমক লুপা লিশিং অমা লৌশিলহৌরো। সে।

( থাউদগী নোট মপুন লৌথোকনুনা পী )

লৌশিল্লো সে, মী উথ্‌বাদ কত্তে।

শান্তি :— ( তিঙক মায়ঙরুম্না ) ঐ মতু লৌবা ঙমলোই, অদুগা হংচিৎ চেনবা হায়বা অদুসু ঙমলোই। মংনা ঙায়মখৈ

ঙাঙলিবা অসি ঐ ভাব তাদে, ঐঙোন্দদি মঙগুম্না লোইনা থোক্লি। হৌজিক...

( তাঙ্গা অসিমক্তদা কেশব ঠিকাদার প্রোফেসার রাজেন্দ্রগা চঙলক্লনা লোম্না তারে। মখোয়গা গুন্দা অমগম্নু লোয়নরকই। শান্তিবু হাৎনবা গুন্দাদা কেশবনা লুপা লিশিং অমা পীরি। মখোয়না অম্নুম্না হোৎনরিবা থোরাং অসি মখোয় অনিনদি উখিদ্রে। )

ঐ ভাব সুকতা তাবা ঙমখিদ্রে। ওস্থোকপনি করম তৌসিবা।

রেখা :— ( মথল্লায় য়াম্না ল্লানা ) কমদৌনি 'সিদি ঐদি। মুপীগী পাঙ্গল্দি নিপানি। নিপা ওইবা নহাক্না অহুম তৌবিরবদি ঐদি করি থোক্কদগে ?

( রেখা মপি শীন্থরক্লে। থম্মোই লাকশিনবা ঙমদ্রহনা মহাক হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে অৎস্লুং মতৎ মতৎ ওইবা ল্লাঙাঙনা হায়রকই। )

অহুম্না ঐবু থোঙ্গোইনবিগদৌবা লৈরবদি মাঙলমচত্তা নহাক্না ঐবু কারিগী লৌশিনবিবগে ? মুপী ওইনা পোকপদা ইমং অনি শুজরোই, ঐগী সত্তি ধর্ম্ম কায়হনবিগনু। অরেপ্পা পুক্লিং তাকপিয়ু, নহাক্না ঐবু চানবিত্রবদি ঐ য়ুমদা অমুক হল্লরোই, ঐগী পুক্লিংনা পুবা মকমদা অঙাওবীগুম্না অহুম চৎথগনি। মতুদদা নহাক্না পেনগনি।

শান্তি :— কপকমুনে রেখা, অহুগা নহাকী রাহৈশিং অহুনা ঐবু অমুক হেন্না অন্নাবা পীরগনু। য়েৎওাওয়, নহাক্তি ঐগী পুন্সিগী থন্নায়নি, থক কায়নবা য়াররোই, অহুক মতম রাংলি হায়বদনি।

রেখা :— ( মপি তৈথোক্লুনা কপনোক তৌনা ) অহুদি ঐবু···

( তাঙ্গা অসিমক্তদা গুন্দা অহু চঙলক্লুনা শান্তিকুমারগী মনঙ্গন্দা ছুরিনা থিল্লরে। শান্তি কন্না লাউহুনা উপ্পা তুখে। মতৌ অহু উবদা রেখানা অঙকপা অমমুং অকি-বগা লোয়নননা "মী হাংলে! মী হাংলে!" হায়হুনা কন্না কন্না লাউরে। মাগী লাউরিবা খোঞ্জেল অহুনা গুন্দাসু অকিবা পোক্লে, অমুক হন্না থাঙনা খিনগে শীংলুরগা কিরক্লুনা ঙমদনা থুনা য়াঙনা চেনখে। থাঙগী চৈনাখোল খাঙহুনা থরো থরো ওল্লিবা শান্তিগী মনাক্তা কপ্লুনা রেখা লায়কন্নজরি। )

রেখা :— ইস:, ওম্বোক্লা থীনা শোক্লেদা 'সিদি! মাঙলে মাঙলে ইবুংঙো করিনো তৌরিবা মতৌ অসিদি! ফত্রবা মীহাৎপা অসিনা থাঙনা খিল্লে! অহুগা মাদি চেনজ্রে!

( রাহৈশিং অসি অহানবা কপ্পুবরা মতুংদা অকি-অথংগী খোম্বোক্তা হায়রগা গুন্দানা চেনখিবা মায়কৈরোমদা য়েংহুনা লৈ। )

শান্তি :— ( স্বর মতং মতং ওইবা রাঙাঙনা ) আঃ! আঃ! রেখা। নংগা-ঐগা—মপোক অসিমগী—বিদায়। ঐ থাঙবা

ভমশিল্লকত্রে। হকচাং অসি অনিক তনিক্রে। অমুক খাওবা—ভমশিল্লকত্রে। বিদায়। আঃ, আঃ—

রেখা :—( কপ্লুনা ) ইবুংঙো। ভমজরোই ঐ বিদায় পীজবা! ঐ লুখ্রা ওইবা ভমজরোই। হায়বিগনু রাহৈ অহু অমুক হয়া। ঐ লুখ্রা ওইবা ভমজরোই।

( রাহৈশিং অসিগা লোয়ননা কোন্দুনা কপ্লে। তাঙ্গা অসিমক্তদা কেশব ঠিকাদার প্রোফেসার রাজেন্দ্রনা মতুং ইন্দুনা য়াম্না শাউনা মনাক্তা থুংলরে। )

কেশব :—( য়াম্না শাউনা ) হায়! ওক্তবী। নংগা মাগা করি থোকৈ? হা? থাদোকউ চত্তোকউ। মথিক অনেম্বনা খা লাম্বা শারহনা, ঐগী ইকমদা লোয়রং খোংনাং শাবা! থঙজত্রা লোইমচা?

( মচাগী শাগল পায়রহনা খংচিং চিংহনা ) লাও! চংসি লাওনহে য়ুমদা! মকম অসিদা কুইনা লৈরবদি কনাগুম্বনা উখি-থঙখিবা থোক্লগা লৈবাক-রাখোক ওইরবনি। লাকওনহে!

রেখা :—( য়ানীংদনা কপ্লুনা খাওনা খাওনা ) পাবুং, মাদি লান্দে, লাল্লিবদি ঐখোয়নি। ঐবু থাদোকপিয়ু পাবুং, ঐবু থাদোকপিয়ু, মাবু ভাক্তরদা পুম্মি।

কেশব :—( য়াম্না শাউনা ) রেখা! নং হৌজিক কাওবা থঙগ্রি? ঐনা হায়পনিনে মাবু! মহাক মরালগী মতিক চাবা দণ্ড ফংজহৌরসিনু। লাকও চংলসি!

হায়। লোটমচা। খঙজত্রা পিদংপামজদা। লৈ-জহৌরো।

( ম্রাহৈ অসি হায়ত্থনা খোঙউপ্পা কাওরম্লগা মচাবু শাগল পারত্থনা শোরো শোরো চিংলে। রেখানা চৎনীং-দত্থনা খাঙনা খাঙনা তুরিবা শান্তিবু হন্না হন্না য়েংত্থনা কপচরি।)

রাজেন্দ্র :— চৎলু রেখা। পাবুংনা হায়বা ইল্লু। মী তারক্লগনি।

রেখা :— করি মীহাৎপা। খঙই নহাক্কী খুজিল-খৌরাং।

( অসিগুম্বা দৃশ্য অসি পুত্থনা মখোয়না রেখাবু পুরে, অত্থুগা শান্তিকুমারনা লৈহৌরে। মশানা মানদা ক্রিং ক্রিং চোংনা চৎঙ্গিবী রেখা অমস্তুং অনা-চৈনাখোজনা খরো খরো ওল্লিবা শান্তিগী খল্লুবদা মিৎকী পিরাং শীন্থয়োইদবা কনা ম্রাওবগে। মিকুপ খরগী মতুংদা আম্মা ম্রাওদবা হকচাংগুম্না উত্থুপ তাবগুম শান্তি লেঙখিম্রে। অত্থুক অকিবগী মশক ওইরম্বা মকম অত্থু হৌজিক ঈচিক হুনখ্রে। অস্তুম অস্তুম মমশিল্লকপনা খরদং থাগ্নবদি অমনা অমবু উনরকত্রে।

ওইহাক্কী মতুংদা পুক্লিং হুনা ম্নুংশিররা ঈশৈ শক্তুনা নিপা অমা মায়গৈ অদোম পাংলক্লি। কিপ্লবা তমখীরবা মকম অত্থু খঙজবদগী মাগী মকমদদি শান্তি লাইরেম্বীগী খোঙদাকমগুম্না থল্লি।)

লখী চৎপা ( পথিক ) ঃ-

ঈশৈ

(১)

হে কৃষ্ণ! হে শ্যাম, ব্রজকাহ্নাই!
অঙকপনি নংগী তাইবং-লিলাসে।

(২)

কনানা কপ্লি ওয়া-খোঈনা খাঙহনা,
কনানা নোক্লি থম্মোই মকা লায়া।
চায়ৈ কনানা থম্মোই থম্মোই তিন্না,
শীংনৈ কনানা কল্লক-ব্রাখল থম্না,
অঙকপনি শ্যাম নহাক্কী লিলাসে।

(৩)

খলহনবিন্নু ঐবু তমথী ব্রাখল থক
চান্নজগে ঐস্নু মীপুম খুদিংমক
শান্তি ওইনি মহুন! তাইবং-মালেমসে,
ঐখোয়' পোকপী ভারত-মাতাসে,
উহনসি পেন্নবা চান্ন লীচিংসে।

( অস্নুমা ঈশৈ শক্লা শক্লা লাকপনা মকম অহু য়ৌ-য়ক্রে। নৈখাদা য়েংথখিবদা শান্তিগী হকচাং উতুপ তাব-গুম্না নৈরম্বা উবদা মহাক থংগ্রেক থংহনা চোংথংলি। )

ইস: ! কনানো তুরিবা অসিদি ! ঈমাইপেম্মা ! ঈন্না পুমগাং ভাংলে ! ( লুকথদুনা মুম্না য়েংলগা )

ইস: ! থাগনা নঙন্দা খিল্লমলেনা ! ( পায়দুনা য়েংলগা ). ছুম, থাঙ্গৈশেংনদি শিত্রি । ( শান্তি নাহেরকই ) মসি খন্না থুনা ডাক্তর য়ৌরবদি হিংবগী আশা লৈরি । অদুনদি কমদৌসিগে । ( ব্রাখল খল্লি ) কান্নদে, ঐ থানাদা তাক্‌না থুনা ডাক্তর য়ৌনবা হোৎনগে ।

( অসি হায়দুনা মহাক য়াম্না থুনা চেনখ্রে )

---

তগুবা উৎপা

# ঠিকাদারগী য়ুম

## ( ২—৩ )

### মতম অয়ুক

( কমুংদা হিগুনা খেরা হিক্না হিক্না কপ্লি । মহাক্না ময়াদা ঈশিং লিক্না অমা কাওবা তারক্তবা অসি ঙাসা মওানি শুরক্লে । মথন্নায়গী মবুংঙো শান্তিনা শিবা য়াবা কিতঙ্গা ডাক্তরদা লৈখিবা অদুগী ফরে হায়বা অওইবা পরিচয় হেক খঙ্‌ত্রবা কাওবা চাক-ঈশিং ময়াদা তাঞরোই, করিগুম্বা শিখিবা থোক্লবদি মহাকসু মাগী মতুং অদুম ইনথগনি হায়বা অসি মহাক্না অচেৎপা

ব্রাশক্রি। তাইহাকী মতুংদা চাক-এনসাং থন্না পুরত্নুনা মচাগী-দমক্তা থনবদা ব্রাবনা থৌরী চন্নম কুপ্পবী অমস্তুং তুমদ-চাদবনা শাম-পাঙ্গল ময়েং তারবী মমা বাসন্তি মচাগী মনাক্তা চঙলক্লে। )

বাসন্তি :— ( হিক্কা কপ্পী থোঞ্জেলনা ) ইমাগী ইবেম্মা রেখা। নংনা চাক-ঈশিং নয়াদা তারক্তবা অসি ওসি মঙানি শুজিল-লক্লে। তুমদ-চাদবনা ইচাগী নৌরবী হকচাং অহু ময়েং তারক্লে। ইমা চাক চখোম অমত্তং ইনগে চাওনে ইবেম্মা। সে, ইমা চাক ইনগে। ( চাক ইনগদোবগী হোৎনৈ )

সে সে, ইমা চাক ইনগে; চখোম অমত্তংদি চাশিনে ইবেম্মা।

রেখা :— ( মমাবু থাম্লগা ) ইমা, অপোকপী। চাজরয়োই, নচা করিমতা অরাম-খৌরাংবা লৈজগে। ঐ চাত্রবস্থু ইমাদি পুক থন্না চাবিয়ু, অহিং মিংশেল থাওত্নুনা ইমানা ঐবু শেন্নবদা তুমদবস্থু তৌবিগনু। ঐগীদমক্তা ইমাগী পাঙ্গল হকচাং ময়েং তারক্লবদি নচানা শিখ-নাখিবা থোক্লগা কনানা নচাগী কর্ম্ম শোনবিরকনি। নোংদম থীরবী নচাগী-দমক্তা ইমা থোইনা পঙরা ব্রাবিগনু, নচাগীদি হন্দকী মপোকী থোক্লরবনি।

বাসন্তি :— ( কপ্লুনা ) ইমাগী ইবেম্মা, ইচাগী ব্রাহৈশিং অসি তাবদা ইমাগী থম্মোই কায়রে, মহু হায়রমুবা ইমাদা কৈদোগে। নথক্তা অমত্তা শাত্রবী, নথাদা অমা পোমত্রবী,

অহিং মুংথিল অনিদা মুমিং-থাগুম্না য়েংহুনা ইমানা লৈজ-রিবী নহাক্না শিঙ্গবদি ইমাদি কনা য়েংহুনা লৈহৌগনি। ইচাগী য়াইক-মুংঙাইদা থন্দুনা লৈরিবী নমা ঐনি, ইমানা হিংলিবা অসি নংগী আশাদা হি.লিবনি। ইচানা মায়-থোং থজিক্কং লাংশিনবদা ইচাবু করি ভৌরবগে থন্দুনা ব্রাঙ্গরিবীনি। অহুগুম্নবী ইচা নংনা ভৌরিবা মতৌ অসি উবদা ইমাদি লৈফম থঙব্রে, ইমা ঙাওরে।

( মথোল থোক্না কপ্লে )

রেখা :—( হিপ্না কপ্তুনা হৌগত্তুনা ফমুংদা ফল্লে ) ইমা, কপ্পগনু তোক্লোবা। ইমাগী অন্নাবা মতৌ উবদা নচাগী প্রান পুবা ঙমদ্রে, অহোয়ননা চাক্লে। ঐগী পুন্সিগী অরেপ্পা রাশক অসিদা ইমানা অমুক অপনবা পীবিরগনু। ওক্কবী ঐ পোকপদগী ইমা-ইপাগী মিংচৎসু থীরে, নীংবা থুংদবা কোঙ্গায়না থম্মোই কায়হল্লে, ব্রারৌবিগনুকো ইমা নচাবু।

( মপি ভৈথোক্তুনা কপ্তুনা লৈরে )

হন্দকী মপোক অসিদদি পলেম-পম্বোৌগী সেবা ঙম-লমদ্রে, মতুংগী মপোক্তা সেবা মতোল লোম্না তৌজগে পীনবিয়ু অপোকপী।

বাসন্ত :—( মথোল থোক্না কপ্তুনা ) ইমাগী ইবেম্মা, ইমা মাঙলে, ইমা বিদায় পীবা ঙমলোই। নহাকী তমথীরবী ব্রাঙাঙদো ইমা তাবা ঙমদ্রে, ইমা থাঙবা ঙমদ্রে।

( মচাগী মতম্বাক্তা মমায়না ঙাহনা মখুৎ অনিনা মচাবু লামখত্তুনা নোং খোংবগুম মমা-মচা কপমিন্নরে। )

মপা কেশব:— ( মনাই লালুনা তুং ইল্লহনা থুংলরে। মমা-মচানা ভৌরম্লিবা মতৌহ উবদা মখোয় অনিস্থু থম্মোই কায়থ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংদা হায়রকই। )

বাসন্তি, বাসন্তি! করিনোনে নমা-নচানা ভৌরিবা মতৌ অসিবো। নখোয়গী নতৌ উবদা ঐ ভাব তাথ্রে, ঙাওরে। থবক ল্লানা চৎলুরগা থরা পোত্থাগনি থন্দুনা লাক্লিবা য়ুম অসে! ঐগী ইফমদা তমথীরবা কারাগার ওইখে। ঐবু কমতৌ হায়বগে? শিরো হায়রব্রা? করিনো হায়বা নমা নচানা হায়রিবা অসিবো?

( মপাগী অথী-ল্লাহৈ অয়াকপহ তাবা ঙক্লকত্রবী রেখা ফমুংদা হিপথখে, অহুগা মমা বাসন্তিদি মপুরোইবগী ডেংলৌ য়েংহুনা হিক্লা পাউদমল্লরকই। )

বাসন্তি:— ( হিক্লা কপ্লুনা ) ইবুংঙো, তপথবিখো, অশাওবা পুক্লিং নেমথবিখো।

নচানা ময়াদা ঈশিং ফাওবা লিক্লা অমত্তা তারক্ত-বসি ঙসি মঙানি শুরক্লে, ভূমদ-চাদবনা ইচাগী ফিভম ফৎচিল্লকত্রে। মবুক চাউথ্রবী ইচানি, নোংমদা চারা অহুম-মরিরক চাজরম্বানি। ইচানা ভৌরিবা মতৌ অসিবু মমা ওইবী ঐনা করম্না য়েংহনা লৈরসিগে ইবুংঙো। ঐ

লৈকম খণ্ডব্রে, লৈকম খণ্ডব্রে। ঐসু ইচাগী মতুং ইন্দুনা শিজখ্‌পে।

( মখোণ্ড-মখুৎ নোইচনা মখোল থোক্লা কপ্লে। )

কেশব :— ( নীংঙমদবা অমসুং অশাওবা খোঞ্জেলনা ) হা: হাঃ হা: হাঃ হা: হাঃ হা: হাঃ হা:। করি হায়বা। নহাকসু নচাগী মতুং ইল্লগনি। শিরনি। নত্রদো?

অঙকপনি! মসিরা। মসিরা য়ুম্বানবগী মুংঙাইবা হায়বন্থ। মসিরা ইচা পোকপগী মহৈ! মুংঙাইরে। পোকপগী মহৈ য়াল্লে! ঐনা মতম কুইনা নীংলকপা আশা থুংলে। ঐগী আশা থুংলে!

কৈ! কৈ! নমা-নচা শিরো! ঐনা নোক্লা নোক্লা লৈগনি! নোক্লা নোক্লা নমা-নচাগী কর্ম্ম শোন্‌গনি! নখোয়গী তোল্লিবা নঙম অহু, ঐনা নোক্লা নোক্লা পাঙথোকনি। অহুগা, ঐগী লৈরিবা ইরল-ইথুম সম্পত্তি পুম্বা! মুমিং অহুদা। ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব-লৈত লায়রা কয়া কয়াদা দান তোথোকনি! অহুগী মতুংদা ঐসু! সন্যাস ধর্ম্ম চত্তুনা শ্রীধাম নবাদ্বিপতা ঈংনা শাস্তি ওইনা পুন্স লেল্লুরগনি।

শিরো! শিরো! ঐ লৈরিঙৈদা নমা নচা শিজহৌরো! হা: হাঃ হাঃ হাঃ হা: হাঃ! শিরো! ইখিং খিংনা য়েংলগে! হা: হা: হা: হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ!

( নীংঙমদবা অমসুং অশাওবনা লাহৎলবা কেশব ঠিকাদার হৌজিক মুত্তি চুম্লা লেপ্লা ওথখিল্লকল্লে, মকোক

ভাওরক্লে, মমিৎ উশিল্লকত্রে। থম্মোইগী চৈনাখোল খাওবা ওমলকত্রহুনা মহাক লেপলম্বদগী ভাওত্রং-কৈদ্রং মখুৎ ফন-দোক্তুনা মালেম লৈমায়থক্তা ফমথগ্রে। অচানবা মনাই লালুনা থগৎ মিপাই শক্তম পুরহুনা মবুংঙোগী মনাক্তা চেনশিঞ্জরকই। থম্মোই কায়রবা মহাকস্মু ব্লাদি ভাওবা ওমজদে।)

বাৎসল্য প্রেম। বাৎসল্য পেম। মচা মুংশিবগী প্রেম। ওম্থোক্লা কল্লি নহাক অসি, নহাক্লা ঐবু ব্লাহল্লি! ঐবু। ঐবু।

(মমিৎ-ননা চপ য়ু না হৌগৎলগা শুন্দ্র.দা য়েংহুনা লৈ।)

লালু:—( হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা ) ইবুংঙো কেশব। ইয়াম্বা নংগী কর্ম্মচারীনি, ননাইনি। বুদ্ধি লৌশিং, ইপাঙ্গল-ইরৌ শিং, ইরল ইথুম, হৌরম খুদিংমক্তা নংগী ননাইনি, ঐবু মপোক চামরক লৈবা ওল্লিবনি। অহুবু, মুমিৎ থা উবদি ইয়াম্বনা খরখিৎ মহাল্লে। অহুনা নয়াম্বনি খনবিহুনা ইয়া-ম্বনা হঙ্গচ্ছরিবা ব্লাহৈ খরসিদংদি অমুক্তা খম্বিখো।

অমত্তা পোকপী নমোম্লি, অহিং-মুংথিল অনিদা মুমিৎ-থাগুম্না য়েংজরিবীনি। বাৎসল্য প্রেমগী থৌরীনা পুনথিহুনা পোকওমত্রবা মীওইবগী মপোক অসি মশুংলাংগী-দমক্তা লোইনা মাওবা ভাগ্রে। অহুনা তমথবিখো, করি তৌব্লগা করম্বা শক্তিনা নচা ইবেম্মগী পুক্লিং ফাবা ওম-গদগে হায়বা অহু অহুক খম্বিখো। হৌজিক্তি শাউবিবগী

মতম নত্রে, ন্নারকপগী মতমস্থ হেনখে, পুন্নমক নুংদা ঈশিং চাউবগুমখে, কান্নদ্রে। ঐনা নখোঙ পায়ত্নুনা হায়জরি, অমুক্তা তপথবিখো।

( লুকথত্নুনা মখোঙ অনি মখুৎনা শোক্লে )

কেশব :— ( হস্থনা য়েংত্নুনা ) করি? করি তা-লালু? নংনা ঐঙোন্দা জ্ঞান তাকপা, পাউতাক পীবা? অত্নুগা, ইখোঙ পায়ত্নুনস্থ হায়জবা?

লালু :— ( মখুৎ লোন্নত্নুনা হৌগৎলগা ) নচ্চদে ইবুংঙো। তপথবিখো হায়ত্নুনা ননাই লালুনা নয়াম্বা শক্লা হঙ্গৎচবদনি। ননাইনা থামজিঞ্জবনি। ( অকিবা শক্তম ওইরে )

কেশব :— ( মুন্না য়েংলগা ) হিঃ! নহাক ঐবু য়াম্না কিনা উরেনা। কিগম্ন। ঐ মীহাৎপমক্তি নত্তে চঙজরক্লবা মী ফাওবদা। মুংশিদা নহাক ফাওবনা ঐবু কিরক্লেদো। হাঃ হাঃ, কিরম্ন ঐ তপথরগে। হায়য়ু হৌজিক ঐবু করি তৌসি হায়বা?

লালু :— ( হন্নাওজরত্নুনা ) মান্নি মান্নি ইবুংঙো, অমুক্তদি তপথবিখো, ঐখোয় ময়াম চঙত্নুনা নচা ইবেম্মবু থেমখিসি।

কেশব :— উম ( মরু লুকথত্নুনা ন্নাখল তৌই ) ফরে, ঐ য়ারে, ঐ অমুক শাউররোই। মীনাইমক ওইরবস্থ নংদি মপু নীংবা মীনাইনি, অফ-ফত্ত তানবা য়াবা মীশকনি। নংগী নন্না ঐনা ইনগনি। ( ন্নাখল অমুক তৌই )

ফরে অত্নুদি ঐগা লোয়ননা থবক অমা চৎলসি লাও।

( মখুৎ পায়ত্নুনা চিংই )

লালু :— লেঙসি, লেঙলুসি ইবুংঙো।

( মখোয়'নি চৎপা হৌরক্লে। থরা চৎলগা লোন্না ব্রা তানৈ। )

কেশব :— মহাক বাসন্তিবু লোন্না মফম অসিদা কৌথোরকউ। ঐ মঙোন্দা অরুবা ব্লারম থরা হায়রমগে।

লালু :— ফনি ইবুংঙো, ননাই কৌথোকচরুগে।

( তপ্পা মহাক বাসন্তিগী মনাক্তা চঙশ্রগা মথুৎ হন্তুনা কৌথোক্লুরে। )

কেশব :— ( লোন্না ) য়েঙেঙায়, করি তৌরগা মহাক থরা চাঙথকউ হায়বা য়াগদগে হায়বত্থু থেমত্থুনা য়েংলম্মু। মমা অমা ওইবগী হৈজবী শক্তি পুথোক্তুনা থেম-নৌত্থুনা মহাকপু য়ানবা হোৎনরমগদৌবনি। থঙলব্রা? অত্থুগা, মত্থুগী অওইবা পরিচয় অত্থু ঐঙোন্দা শেংনা তমগদৌবনি। ঐখোয় অস্বায় ফাওবা চখোকলুখিগে।

বাসন্তি :— ( কপনোক ওইবী য়াব্লানা ) ফনি ইবুংঙো, হোৎনজরমগে।

( অম্মুম্না ঙাওনত্থুনা বাসন্তি মচাগী মনাক্তা চঙহৌরে, অত্থুগা লালুগা কেশব ঠিকাদারগদি চৎখ্রে। )

বাসন্তি :— ( মচাগী মনাক্তা তপ্পা চঙলক্তুনা কমুংদা মখোঙ য়াম্থত্থুনা কম্লগা )

ইমাগী ইবেম্মা, ফিরুক হাংদোকউ ইমা ব্লা হায়গে। নংগী মরমগীদমক্তা নপাবুংস্মু ঙাওরে, ইমাস্মু ব্লাবনা লোইরে।

ইমা-ইচা ব্বা তানসি, ফিরুক হাংদোকউই সে।

( তপ্পা হাংদোকপীরে )

সে, হৌগত্তুনা অমুক্তা ফম্মু। নহাক্না নীংবা মরম পুম্বা চিংনদনা ইমাদা অত্থক হায়গ্নু, ইমা য়াগে, নপাবুং-বুম্মু ম্নানবা ইমা হায়নগে। সে, হৌগৎসি।

( তপ্পা চিংখত্তুনা কমহল্লে )

রেখা :—( মতং মতং ওইবা অহিকপা খোঙ্গেন্না ) ইমা, নচাবু মাওইনা হিংত্থনা লৈহনবিনীংলবদি মহাক্না সেবা তৌজগে। মহাক্না দয করিমতা লৈতে, ঐনা কাইহৌবিরুবনি। মরমদি :— মহাক্তি পুকচেল চমই, চাউথোকপা ব্রাখল খন্দে অমস্তুং মীথোই-মীহেনবা পাম্বা লমচৎ-শাজৎ ফজবা মীশকনি। অত্থুগা, খ্বাইনা মাবু হরিজন মচানি, লোউ-মচানি হায়নরিবা অত্থুম্মু অরানবনি ; মমাঙডৈদা মপাবুং মহারাজনা লোই থাখিবা লাঞ্জব্রবা বীরসিংহ যুবরাজ অত্থুগী অমম্তা পোকচবা মচানি।

মহাক্না মশক হেক উবা মুশিত্তগী নচাগী হকচাং তু চুংখি, তপথনা লৈবা ঙমজখিদে। মত্থু পূবা নোংদম্বা বিথিগী খুংশেম্নি হায়না নচানা খঞ্জখে, মহাক্না কায়নবা ঐ মুকঙম ঙমজরোই। করিগুম্বা মানা শিখিবা থোক্লবাদ নচাম্মু শোয়দনা তমথীরবা আম্মাঘাট হায়নত্থু তৌখ-গদৌবনি। নচানা ঈকাই-ঈকি থাদোক্তুনা হায়জরিবা ব্বাহৈশিং অসি অরেপ্পনি। নচাবু মুংশিবিরবদি ঐবু ডাক্তরদা

থিনবিয়ু, মাগী সেবা তৌতুনা লায়কয়বা য়াওজগে। মতু য়াবিরবদি নচা চাক চাজগে, নত্রবদি চাজররোই।

বাসন্তি :— করে। ইচানা অতু য়ৌনা পুক্সিং লেপথ্রবদি ননীং থুংনবা ইমা হোৎনরগে। হে সত্য। নপাবুংনা করিগুম্বা য়াত্রবস্থ ইমা-ইচা য়ুম অসি থাদোক্কুনা চৎলসি, মহাক মভোমদা লৈজহৌরসিয়ু। সে সে, নথুৎনা চাক চারো।

( চাক-ঈশিং থাংজিনবিরে )

রেখা :— ( হরাওতুনা তফিং তফিংনা ) ইমা, নচাগীদমক্তা ব্লাবনা নপুন্সি কেয়্বী। তমথীরবা পাবুং লাকত্রিভৈদা ইমা-ইচা থুনা চৎহৌরসি, কোন্না চাক চাসি।

( হরাওতুনা কিংনা হৌগৎলকই )

বাসন্তি :— হুম, মতু য়াত্রি ইবেম্মা, নপাবুংদদি লাকখিসিয়ু। চাক-চখোম অমা-অনিদং চাথোকহৌখো নত্রবদি খোঙ থাংতুনা চৎপা ওয়োই তুগনি। নহাক্সা চাক হেক চাবগা ইমাস্থ চাগদৌরিবনি। ইমা অমুকস্থ হন্না ব্লাশক্কে, হে সত্য। ইমানা ইচাবু শোয়দনা পুতুনা ডাক্তরদা চৎকনি! চাক্তদি চাখিসি।

রেখা :— ( হরাওনা ) করে অতুদি নচা চাজরগে।

( মমা বাসান্তনা ফমুং মথক্তা চাক ঈশিং পুশিন্দুনা মচাবু চাক পীজরে। চখোম মঙা-তরুক চারগা ঈশিং থন্না থকপদা মবুক থনক্লে, অয়াম খোয়াংবা লৈখিত্রে। )

ইমা নচা পুক থঞ্জরে, মসিদগী হেন্না চারুরবদি হক-চাংদা অনাবা লাকপস্থ য়াই, তোকচরগে।

( মথুং হামদোক্লে )

বাসন্তি :— ( অরেম্বা চাক-ঈশিং পুথোক্লুনা ) ইমা মুংঙাইরে, ইচা শিবা য়াত্রি, নথরায় মুংঙাইনা লৈথোকউ ইচাসিদি। পোকঙমদনা পোকপা মীওইবগী মপোকপু অমুক রানা খাঙবা হৌনব্রা।

( ঈমুংদা পুখম-তেঙ্গোং থন্নুরে। থুনা অমুক থোরকপদা ঠিকাদার লাকপা উরহুনা )

হায়না হায়না নপাবুংস্থ লাক্লে। নং তুমশিন্নহুনা অহুক লৈয়ু, নপাবুংগা ঐগা করি ঙাঙনবগে হায়বা অহু ননানা তাক্লৌ।

( মমাগী ঈঙ্গিৎ মতুং ইন্না রেখা হিপথহুনা তুমশিন্নখে। কমুংদা মখোঙ য়াম্থহুনা মচুবা মেত্তুনা কন্নগা মমা বাসন্তিস্থ মপাবুং লাকপা থঙশিন্নদহুনা লৈরি।)

কেশব :— ( মনাই লালুনা মতুং ইন্দুনা চঙলকলে। মখোল পিকশিন্দুনা মখুৎ হত্তুনা) বাসন্তি! হায়! লাও থোরকউ।

( বাসন্তিস্থ লোম্না লাকশিন্নে )

করম তৌরে? চাক-ঈশিং থরা চারবরা? করি করি হায়নরে?

বাসন্তি :— ( তাদনবা মখোল পিকশিন্না ) ইবুংঙো, নচা ঙাই-হাক্তং তুমজরি। ঐনা য়াম্না তরুহুনা হংজরে, নচাগী পুক্লিং

খঙজরে। ইমা-ইচা য়ানজরহুনা চাক চখোম অহুম-মরি-দংদি উচিন্না চাজখ্রে, অহুদগীনি নচানা মবুক্লিং নেমহুনা ঙাইহাক্কুং তুমহুনা পোখাজরিবা।

কেশব :— ( হন্নাওনা ) বাঃ! মুংঙাইরে! ইচা চাক চারবা! অহুদি নমা-নচানা য়ানখিবা ব্লাকম অহু অমুক তম্মু ঐ-ঙোন্দা ঐসু য়ানীংবরা য়েংগে। অহুক তম্মু।

বাসান্তি :— ( শককম হপ্পিন্দুনা ীকতক ভৌনা ) ইবুংঙো, চাসি মরু হুন্দোক'স মতোং হায়বা অহ্নান! অহুবু, ইমা-ইচাগী ব্লারেপ অসি তমজরগে, মপাবুংনা ইমা-ইচাবু অথী ব্লাহৈনা পুক্লিং লাঙতক্লহনবিগনুকো। ( কিনা য়েংই )

কেশব :— হায়য়ুনে হায়য়ুনে নমা-নচাগী ব্লারেপ অহু, তানীংবনা ঐ শিগদোরে।

বাসন্তি :— ইচাগী পুক্লিং লেপখ্রে, নিপামচা অহুগী সেবা ফং-দ্রবদি নচাসু শিরগনি হায়রি। ঐনা মখল মথা অয়াম্বা ব্লাহৈ হায়হুনা খাম্বদা নচা য়াখিদ্রে। কাম্নররোই হায়বা খঙজরহুনা ইচা শিগদোবগী শরুক্তি হায়হুনা মাগী নীংবা থুংনবা হোৎনগনি হায়না ঐনা ব্লাশকচরবদা চাক চাখি-বনি। অহুনা, ইচাগী অরেপ্পা পুক্লিং য়াবা মমা ঐগীসু অরেপ্পা ব্লাশক ওইজখ্রে। ইমা-ইচা ঙসিমক ডাক্তরদা চত্তুনা নিপামচা অহুগী অনা-লায়কমজরুগে, নয়াথং পীনবিয়্য।

( ফমথহুনা মখোঙ শোক্লা থুরুয়ে )

কেশব :— ( নীংঙমদবা খোঙ্খোক্লা লাউনা ) করি হায়রা ? নমা· নচা মাল্লখ্রবা ? ঐবুনা তোখাই তাহল্লবা ? মহুনা নখোয়গী অরেপ্পা পুকচেল ? ( বাসন্তি কিহুনা হন্দোক্লুনা লেপখ্রে )

অঙকপনি ! অঙকপনি ! হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ! হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ! অচুম্বা ঐনা অরানবা, হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ !

লালু :— ( মথুং লোম্লহুনা ) শাউবিখিগম্লু ইবুংঙো, অমুক্তা পুক্লিং নেমথবিখো। যৌবনগী মতমদা কামগী তেল্লা পাল্লবা মীনা করি করম থোকখিবগে হায়বা ব্লারী-লাইরিক্লচিংবদগী ইচীল ইনাও ঐখোয় লোইনা তানরবা ঙাক্লি। অহুনা, নচা ইবেম্মগী নীংবা আশা থুংহনবিয়ু, নত্রবদি—

কেশব :— নত্রবদি ! নত্রবদি ! করি তৌরবা ? নংস্লু ! নংস্লু ! নংস্লু মখোয়গী মীচঙদা লেপল্রবা ! ঐখোয় মরিদং লৈ- মিল্লবদা নখোয় অহুম্না মীচঙ অমত্তদা ওইল্রবা, ঐবুনা নায়তোম তাহল্লবা ; অঙাওবা তারবা ! আঃ ! ঐনা মতম কুইনা শাগৎচরকপা চাউরবা আশাগী দলাল অহু নীং- থায়ল্রে, ঙসি ঐগী ইমাঙদা মচেৎ মচেৎ উফুল ওইনা মাঙল্রে ! পাম্মুইদা, পাম্মুইদা ; ঐগী ইপাঙ্গল-ইরৌশিং- ইরল-ইথুম ! পুম্নমক অরেম্বদা তাখেল্রদো ! আঃ !

( মওল মওল থনবগী শক্তম দৃশ্য অহু য়েংবদা পুক্লিং তুজুংনবগী মশক্লি। মিকুপ থরদি কনাম্লু ব্লা ঙাঙনদনা লৈনল্রে। )

---

৪শুবা উৎপা

# ডাক্তর শঙ

## ( ২—৪ )

### মতম্ নুংথিল

( অনা শঙগী ফমুংদা শাস্তি হিপ্তুনা লৈরি। মথক্কী ৩শুবা সিনদা শীজিন্নখ্রিবা ফমুং অদুদা ফিগী মাইখল লুখমদা খল্লগা হুন্দক্কী অসিদনা মহু লোখোক্লগা খেন্ননা উৎপা য়াই। শাস্তিগী মমা সাবিত্রীনা মচাগী মনাক্তা লেপ্পি, ডাক্তর বাবুনা শাস্তিগী অনাবা লায়েংলি। মপা বীরসিংহ অমস্থুং চন্দ্রসিং, মাধব অমস্থুং বসন্ত হরিজন অদুমস্থু খরা লাপতক ফমদুনা অনাবরোমদা ওনশিন্দুনা ডাক্তরগী লায়েংলিবা অদুদা যুম্না য়েংদুনা লৈরি।

অস্থুম তৌরিঙৈগী তাঙ্গা অদুমক্তদা রেখা মমা-মচা অনি ডাক্তরদা থুংলরে। লম্বী লমখাংদা অঙবা মীনা মখোয়বু শক-খঙদনবা ফিরুক থুমদুনা লাকপা শকফম অদু স্থুককায় কায়দনা মমা-মচা চঙলকই।)

বাসন্তি :— ( রেখানা তুংওইননা লেপই ) অা—এখোয় অমুক্তা চঙজরকে।

( খোরাংনা ঙাইজরক্লবা উনীংবা মায়থোং উজনীংলবী রেখা ঈকাই-ঈকি থাদোক্তুনা অঙাওবীগুম্না ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা শাস্তিগী মনাক্তা প্রপ প্রপ চঙশিনখি। মখোয়গী

মতৌ উবদা লৈরম্লিবা মী পূম্নমক ঙক্করে। অচিকপা থুগায়তুনা বীরসিংহনা হায়রকই।)

বীরসিংহ :— ( ঙক্লা ) কনানো ? কনানো ? নীংঙাইদনা চঙলকলিবী নং কনানো ? করি মরমগী লাক্লিবনো ? লেপখো! নহাক অঙাওবীরা ? ( রেখা চপ লেপই )

বাসন্তি :— অঙাওবী নচ্ছদে, ঐগী ইচা রেখানি, কেশব ঠিকাদারগী মচানি।

বীরসিংহ :— ( শাউনা হোৌগত্তুনা ) নহাক্লা মীনুংশি খঙদ্রবা মীহাৎপা ঠিকাদারগী মচানুপী মীহাৎপী হায়বী অদু ? চঙখিনু! হন্দোরকউ! য়াম্না ৱানা লায়কম্নরিবনি শিদনবা।

( তৌনরিবা ঈরাং অদু তাতুনা শান্তিনা য়েংথোরকপদা মমাঙদা রেখাবু খোঙ্গোয়নতুনা লৈরম্বা অদু উবদা মঙফাওনরকপগুম্না কৌরকই।)

শান্তি :— রেখা! রেখা নত্রা ?

রেখা :— ইবুংঙো।

শান্তি :— হাঃ হাঃ, রেখা, ঐ শিদ্রে, শিররোই।

রেখা :— ইবুংঙো। ( থুনা হোৎচিনখিতুনা মহাক শান্তিগী মনাক য়ৌদ্রে। অশোকপা মফমলোমদা হাইফেৎ য়েংজতুনা হংজকই।)

পুংফ ফাবরত্রা ? চৈনাখোল লৈত্রবরা ?

( হিক্লা কপচৈ )

শান্তি :— আ, থরখিত্তং মুংঙাইকাদ্রি, অহুবু করগনি।

সাবিত্রী :— ( শাউনা ) ইবেম্মা, নহাক্কিকো ঠিকাদারগী মচান্নুপী লমকেৎ লমহাইবী হায়বী অদো। নপা-নচা তানহুনা ইচাবু হাৎকে তৌই হায়য়ে। তৌওমগ্রে, কিজেদা, শক্তা অদো।

রেখা :— ( কপ্তুনা ) মান্নি ইমা, ঐ তৌওব্বী ওক্কবীনি।

সাবিত্রী :— হৌজিক অমুক ইচাবু করি তৌবিগে হায়হুনা লাকপিরিবা ? আ—শিহৌদ্রে হায়না নীংওমলক্তহুনা অমুক ওৎকে লাকপিরিবরা ? হাঃ হাঃ, অমত্তা পোকচবা ইচানে, মণিনে। মমা ঐগী ইমাওদা ইচাবু লাকচথিবা কনা কনানো চওলকউ শিমিন্নগে। ( মপাম্বোম তিংই )

রেখা :— ( হিক্লা কপ্তুনা ) হায়বিবমক য়াই, ঐ মীহাৎপীনি। অহুবু ইমা, হৌখিবা ইরাল পুম্বা ওাকপিহুনা লৌশিনবিয়ু, ঐগী পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা নশাইগোন্দা লৈজগে, ইমাগী সেবা ফংজগে।

( চওশিন্দুনা মখোও ময়াদা থুরুম্নে )

সাবিত্রী :— ( খংহন হন্দোক্তুনা শাউনা ) হাইমা। য়াম্না অনম কল্লিনা 'সিদি, মতা অমনিনা। ইশানা য়াম্রবস্থ বলকার শীজিমরক্লেনা 'সিদি। আ—মাংজনিকো হন্দোকচৌ ঐখোয় হরিজননি।

বীরসিংহ :— ( অশাওবা অমস্তং কল্লক ৱাহৈনা ) ঐখোয় লোইনিহে; হরিজননি। নখোয় হিন্দুশিংনা মাংই হায়না ঈম্বোক্তুনা তোওাম্না থম্নরিবা মীশক অহু ঐখোয়নি। অহুনা চৎলো,

ঐখোয়স্থু কয়া তিম্মনীংদে, অহুগা নপা লাকপতি অহুনা তারবস্থু নংবুস্থু থীনা তৌজরক্কনি হন্দোকচৌ।

বাসন্তি :— পূম্নমক ঐখোয়গী ইয়াননি, ঙাকপিয়ু। ঐনা কয়া থেম-নৌহুনা য়েংজবদা কান্নরকত্রহুনা ইচাগী মতুং ইন্দুনা লাকচরিবা অসিনি। নচা ইবুংঙোগী সেবা ৼংত্রবদি ঐগী ইচান্নুপী অসি শিরগনি হায়হুনা খাম্বা য়াদ্রে। নচা ইবুংঙোনা অনাশঙ ডাক্তরদা হেক লৈখিবা মুমিত্তগী চার-কুবনা ঙসিদং চাক চখোম অহুম-মরিদং চাজরক্লিবনি। ঐগীস্থু অমত্তা পোকচরবী মমল তাঙলবী ইমোমনি। ইচা ওইবী মাগী বাৎসল্য প্রেমগী থৌরীনা পুনখিহুনা মপা-বুংগা তানজহুনা ঐনা মাবু মক্কম অসিদা পুজরক্লিবনি।

বীরসিংহ :— ( য়াম্না শাউনা ) ইবেম্মা। করিনো ওস্থোক্লা অনম কনবিপ্রেদা! হায়র হায়রগা থোইনা হেন্না অস্থুম অনম কনশিনবিরক্লিবা অসিবু করি তৌগে হায়রিবা জাৎনো! চখোকখো! নশক অহু য়েংনীংদে! খাঙবা ঙমদ্রবা অশাউবগী দাহি অসে নথক্কা লোইনা তাজরক্কনি!

রেখা :— ( মনেম ওইগদৌরিবী সাবিত্রীদা ঙসাই খুকমখিবদগী হৌগত্তনা নরু লুকথহুনা তাহুনা লৈরম্বী রেখা হৌজিক্কি নীংবা কায়রবী শক্তম পুরহুনা অঙাওবীগুম্না হৌগৎলক্লে। )

ঐগী আশা অরেম্বা, পূম্নমক অরেম্বদা তারবা। (হন্না য়েংজহুনা) শান্তিকুমার। নহাক ৼরো মুংঙাইনা পালহৌখো। (মখোঙ কাকৈ কাকৈ থাংহুনা ভুরোই ঙামলোই তৌনা )

ঐদি, ঐদি, নহাক্কী সেবা ফংলমদ্রে। ঐবু ব্লারো-
গমুকো। ( মক্ষম খণ্ডদনা মহাক ব্লাম্বহুনা ভুখে )
বাসন্তি :— ( কপ্পুনা হোৎচিল্লকই ) ইমাগী ইবেম্মা! ইমাদি
মাঙলে! ইমা মাঙলে!

( নোং খোংবগুম কপ্পুনা মচাবু কোন্দুনা লৈখে )
শান্তি :— ( মিপাইহুনা অঙাওবগুম্না মশা কাংখত্তুনা ) রেখা!
রেখা! ঙমলোই! ঐ বিদায় পীবা ঙমলোই!

( কপ্পুনা হৌগৎকে হেক তৌবদা ডাক্তরগা মমা
সাবিত্রীগনা খামহুনা হিপথহল্লে। শান্তিকুমারবু লেঙহন্দ-
নবা ডাক্তরহুনা সাবিত্রীদা পাওমেন্নরম্নগা তুরিবী রেখাগী
মনাক্তা চঙশিন্দুনা লায়কল্লখে। লৈরম্লিবা পূন্নমক হৌ-
জিক্কি রেখাগী সেবারোমদা মায়পুনখে। অম্নুম তৌরি-
ঙৈগী তাঞ্জা অহুমক্তদা লালুগা লোয়ননা কেশব ঠিকাদারসু
থুংলরে। তৌরম্লিবা দৃশ্য অহু উবদা অঙকপা অমম্নুং
পাখৎপনা লোইরহুনা হায়রকই। )
কেশব :— করিনো? ইচা রেখা করি তৌরবা? ইচা শিরবা?
বাসন্তি :— ( কপ্পুনা ) মাম্নি, নচা রেখানি, জ্ঞান লৈতনা ইচা
রাম্বল্লে।
কেশব :— ঐগী ইচাবো! কনানা করি হায়বিরহুনা অহুক
মথল্লায় শোকখিবা? ইচাগী করি মনীং থুংল্লরব্রা?
ডাক্তর :— ( শাত্তরপ্পা ) অমুক্তা লাঙবিখিহু। অঙাং অসি য়াম্না
ক্রিজম ফুল্রে, ল্যাইবক থীরবদি হৌজিক শোয়বা য়ানা লৈ।

(খাদা য়েংহুনা) ডাইখো, কনাগী হুকুম পুহুনা মফম অসিদা চঙলক্লিবনো? অনাশঙদা মী য়াম্না তিনবা য়াদে, চঙবা য়াদে হায়না ময়েক চাউনা ইহুনা থেৎলিবা হুকুম নোটিশ অসি উবিদব্রা?

বাসন্তি :— (মুংশা খীবগা লোয়ননা কপ্পুনা) ডাক্তর বাবু। হুকুম য়াওজদে, তঙাইফত্রহুনা হেক্তা মচঙজরকপনি। ঐ-খোয়না লানবনি, ডাকপিয়ু। ঐখোয় করিমতা লাওজরোই, ইচাগী থল্লায়দদি কনবিয়ু।

ডাক্তর বাবু :— (শাউবা খরা হস্থহুনা) অহনবু ঐনা অমুক কন্না হোৎনরিবা অসিনি।

(অসি হায়রল্লগা অমুক লায়কন্নখে। তৌবা য়াবা সেবা কয়ামুক হোৎনহুনা লায়কন্নরবা তুংদা জ্ঞান তাররক্লহুনা হায়রকই।)

রেখা :— (হিক্লা কপ্পুনা) শান্তিকুমার। নহাক্তনদি ঐবু ঈস্থোক-পিগন্নুকো, ঐ হিংহুনা লৈবা ঙমজরোই।

শান্তি :— (কপ্পুনা) রেখা। নহাক ফরো।

ডাক্তর :— মুংশিদা, অঙাং অনিগী মতৌ অসি উবদা থম্মোই কায়থিগদোই। ইচাগুম্বা ডাক্তি, নখোয়'নি চিংনগন্নু, নথল্লায় য়াম্না মুংঙাইনা লৈথোকউ, নখোয়গী আশা থুংনবা ইখুড়া হোৎনগে।

(ময়ামদা য়েংহুনা) শান্তি অমস্থুং রেখাগী মমা-মপাশিং, অহুগা 'সিদা লৈবিরিবশিংস্থ তাবিয়ু :— আ, অহল-লম্মন

ম্‌শেল য়ানদে হায়ত্তুনা অঙাং অনি অসি খাইদোক্পবা স্নুকয়া য়ারোই। অসিগুম্বা অপাম-স্নুংশিগী কেশ অসিদা স্নুইসাইদ হায়বদি আত্মঘাট তৌত্তুনা শিবা মীশীং অসি পৃথিবীগী অতে মফমশিংদগী ভারত্তনা ঈহেন হেল্লি, চহি খুদিংগী ওইনা মীশীং য়াম্না থোকই।

অত্তুগুমত্তুনা লৌন-লৈনবদা অহল-লম্মনশিংনা য়ানদবগী খৎন-চৈনবা অমস্নুং ৱাথোক্কী কেশ ওস্থোক্লা মশীং য়ামম্রে!

কেশশিং অসিগী মরু ওইবা মরম খরা লৈ। মত্তুদি :—

(১) অহানবদা—ভারত্তা লৈরিবা মীশিং অসি ধর্ম্ম তোঙান তোঙানবা প্রজা কাওলুপশিং ওইনা তৌই। লোল তিম্নদে, শক-চু, চারম-থকলম অমত্তা হেক তিম্নদবা মী কাওলুপশিং ওইনা তৌই। অত্তুনা পাম্নদবা ৱাখলগী ঈচেলনা অসিগুম্বা কেশশিং অসি থোকহল্লি।

(২) ২শুবদনা— ঐনা হেল্লি তিম্ননীংদে, মথোয়দি মাংই হায়বা ফত্রবা ৱাখল অমা অয়াম্বা ভারত-বাসীশিংনা খন্নৈ। অসিগুম্বা ৱাখল ফত্রবা অসিনা ভারতকী মফম খুদিংদা অসিগুম্বা কেশ অসি তত্তনা থোকহল্লি।

মসিদা ডাক্তর অমা ওইনা, অত্তুগা ভারতকী অনৌবা আইন-কানোলগী মতুং ইম্না ঐনা হায়জরি। মত্তুদি :—

এডুকেসনগী জ্ঞান ফংত্তুনা হকলোলগী পথাপ চুম্না চৎলবা অমস্নুং লমচৎ-শাজৎ লুরবদি ভারত-বাসী পুম্বা লোইনা তিম্নবা য়াই। হৌজিক ভারতকী মফম খুদিংদা

অনৌবা য়ান পথাপ অসি কম্না চৎনরক্লে। অহুনা, ঐখোয় পুম্নমক ভারত-মাতাগী মচানি খন্দুনা পুকচেল-খোয়জেল ভিন্নদবা য়াদে।

করিগুম্বা অঙাং অনি অসিবু অহল-লম্মন মশেল য়ানদহুনা কায়নহনবা তারবদি অনিমক ঙাওবা নত্রগা শিবা, অনিসিগী মরক্তা অমদি শোয়রোইদৌরি। হৌজিক মখোয় অনি লুহোঙ-খোঙদোংবা য়াবগী চহি মতম থোইনা নৌত্রে, য়ারে। অহুনা, অহল-লম্মন কাঙলুপ অনিনা য়ানবিহুনা মখোয়গী নীংবা থুংহনবিয়ু। করিগুম্বা অনিমক্না য়ানদ্রবস্লু ঐনা ডাক্তর অমগী তৌবা ঙম্বা শক্তি শীজিন্নহুনা লৈবাক খঙনা অঙাং অনি অসি বিবাহ তৌগনি।

বীরসিংহ :— হা: হা:, ডাক্তর বাবু। ডাক্তরনা মীগী মচাশিংবু নমহুনা করম্না থাজ-য়োঞ্জবা ঙমগদগে? করম্বা আইনগী এক্টা রুল অহু য়াওবগে? হরিজন কাঙবু ওইহুনা তৌবরা করিনো ঐখোয়দি মহু খক তাখিদ্রিনা বাবু।

ডাক্তর :— হাঃ হা:, মহু আইনগী এক্ত-মুংগী ন্না থোইনা লৈতে। হায়বদি—হৌজিক্তি মীওইবগী থরায় অসি মমল য়াংশ্রে, লেম্না পঙমাঙ মাঙহনবা য়াদে। হুন্তবা কোঙ্গায় শেম-গত্তুনা মীওইববু অকবদা লমজিংবা অসি ভারত্তদা নত্তে পৃথিবীগী ওইনা চৎনরক্কনি। অহুনা :—

[ক] হুরান-চীন্বী কয়াবু মুংশিহৈক্তরা শাক্লংকী দণ্ড থাদোক্তুনা মোরেলিটি চুমথোক্লরা হায়বদি— লমচৎ-শাজং

লূনবা তরু-তহেন্না লৈহনগনি, পাঙ্গল কন্নবা অফবা চিঙ্গাক পীজগনি। অহুদা নত্তনা মখোয়গী হুরানবগী শাজংশিং অহু মশা মশানা তুকচরক্লনা থাদোক্লীংনবা মহৈ-মশীং তথিগনি।

[খ] মী হাংলুরবা ফাওবা মরাঙ্গ পঙচাও চাওত্র-বদি কন্দুনা চহি মশীং খরা জেলদা অহুম্না ৱারক ৱাতে-ন্নগা থাদোক্লরে। হৌজিক ঐ হোং ব্রড, কোলড ব্লড হায়বা অশাওবা মথল অনিগী মরমদা খরা অমুক শন্দোক্লা তাকচগে :—

কনাগুম্বা মী অমনা নত্রগা মী কাঙলূপ অমনা য়াম্না মরাল লৈবা থবক কনাগুম্বা মী অমদা নত্রগা কনাগুম্বা মী কাঙলূপ অমদা তৌরক্লনা অশাওবা মৈচাক থাওবা ওমদবদগী অপায়বা খুংলাইনা কোক হেক থারুবদা থাকম চাদহুনা শিখিবা অহুবু হোং ব্রডকী অশাওবা হায়না খঙনৈ। মহুগী খুদমাদ :—

হন্নাগাড়ানা মী অমা শিরে খল্লসি। মহুদা শিরিবা মীগী মরী-মতানা গাড়ী থৌরিবা ড্রাইভর অহু খুদক্লা হেক হাংপদা দগি কংলবস্থ মীহাংপগী চপ চাবা দগি মথল অহু ফংদে। মরমদি—মহু হোং ব্লডকী অশাওবা মতমদা আম্বা লাকশিনবা ওমদহুনা থোকন্নিবা থৌদোক্লি হায়না আইন্না লৌই। অহুবু, হোং ব্লডনি হায়হুনস্থ মী

শিবা য়াবা খুংলাই হান্না পুন্থনা চৎপশিংদদি গুন্দা গ্রুপনি চিংনন্থনা আইন্না কনবা লুই, য়াদে।

কোলড ব্লড হায়বনা ড্রাইভর অন্থগী হন্নানা তক্কুনা শিখিবনিনা মাদবু হেক হাৎলগা লোইরে হায়ন্থনা মতম খরা শেন্নরগা লমন খুমন্থনা হাৎলবদি, হোৎ ব্লডকী মতুংদা অফ-ফক্ত খঙলগা জ্ঞান তানা ফক্তবা তৌরকপনিনা কোল ব্লডকী থৌদোক্নি, দণ্ডি চপ চানা পীবা য়াই।

মরম অসিদগীনি মী তক্কুরবা ড্রাইভরশিংনা মথন্নায় কন্নবা খুদক্তা চেন্নারবা অন্থ। অমুম্না হাৎন-থিন্নবগী কেশ খুদিংমক্তা চপ মান্নে।

মীওইবগী আম্বা অসি মমল য়াম্বদগী অচুম-অয়ান খঙনা কন্নবগীদমক্তা অমুম্না হোৎ ব্লড-কোলড ব্লড হায়না থায়দোক্লিবনি।

[গ] লাইফ 'স কোম্পেনসেসন হায়বদি আম্বাগী ক্ষেতিপুরোন তানবা হায়বা চাওখৎপা। লৈবাক্তা চৎনরিবা আইন মথল অমগা তাথো :— কনাগুম্বা মী অমদা কনা-গুম্বা মী অমনা নত্রগা কনাগুম্বা আইনগী খুৎজি পায়বা অচৌবা মী অমনা তমথাবা শাজৎ চৎপিন্থনা নত্রগা দণ্ডি পীবিন্থনা য়াম্না য়াহল্লগা, অন্থগা অন্নাবা কংলিবা মী অন্থনদি মরাল করিস্থ লৈত্রবা; অন্থগুম্বা মী মহাক অন্থবু লাঞ্জদবা অন্নাবা য়াথলগী লায়নানা থন্নায়-হকচাং য়াম

মহুহলরবদি হায়রিবা ক্ষেতিপুরোন অসি কোর্টকী মতেঙ লৌহুনা তানবা য়াই। অসিগুম্বা ক্ষেতিপুরোন অসিদি মমল ওম্বোক্লা য়ামগ্রে, মী অহু লৈবগী মমল মান্নরা কাইন লৌগনি শীজিন্নবদা মপুন্সি হিংবা ওন্নবা পীগদৌবনি। অহুনা খনবিয়ুদো, জরি কয়া চাউগ্রবা।

হায়রিবশিং অসি ডাক্তর-পাস তৌহুনা য়েংলগা অচুম্বা রিজল্ট ( ফল ) পীরগা তৌগদৌবা ওাক্লি। অহুনা, ঐ ডাক্তরনি, কোর্টকী মতেঙ লৌহুনা ঐনা য়ানদবা কাঙলুপ অনিদগী ক্ষেতিপুরোন মখল অসি তানগনি। মহুগী মমলনা লৈবাক-প্রজা চঙহুনা ঐনা মখোয়গী গারজিয়ান ( মমা-মপা ) শরুা শুভ-বিবাহ চাউনা খম্মোই শেংনা তৌগনি।

হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। হায়বিরো হৌজিক য়াবিগ্রিবা কাঙলুপ্পা কনানো, য়ারবনা কনানো? ক্ষেতিপুরোন ডাল্লগে। ( পোঙহুনা লৈরে )

কেশব ঠিকাদার :— ডাক্তর বাবু। ঐদি ইশানা য়ানা ইচা কৎলগে হায়হুনা ইচা পুহুনা ইখোঙনা থোংনা লাকচরিবা অসিনি। য়ারবদি খিংগে থন্দুনা তমথীরবা শাজং ফাওবা চৎলুবরা অসিনি, অঙাং অহুবু হাৎনবা কাওবা ঐনা হোৎ-নরুরবনি। কগুিরম্বা ফংলকদৌবা দগুি পুম্বা ঐগী লৈজরিবা শেল পুম্বা তিংথোক্তুনা নত্ত-নত্তবা ঙাঙহুনা থবক পাঙ-থোক্কে শীন্নুবরমক্লি। হাঃ হাঃ, থন্নুরগা হৌজিক্তি নীংগুক্ত-বগুম পোক্লক্রে।

ঐগী ইচাদি মরোমদা পোকপীনি, অহিং-সুংথিলদা মুমিৎ-থা ওইজনা লুনা থমজরিবনি। মাগা কায়নবা মমা-মপা ঐখোয় অনি ওমজরোই। মহাক্কী বাৎসল্য প্রেমগী থৌরাংনা কন্না পুনখিদুনা মমা-মপা ঐখোয় অনিবু মকমসি তান্না চিংদুনা পুরক্লিবা অসিনি।

ঐগী লৈজরিবা সম্পত্তি, মাল-চাং, সনা লুপা পুম্বা ইচাগী ওাক্লি। পুম্মক অসিগা লোয়ননা অমত্তা পোকচবী তাওলবী ইচা অসি ইকুমঙ্গো শান্তিকুমারদা কচ্চগে লাক-চরবন্নি। ঐগী হৌখিবা ইরাল পুম্বা ওাকপিয়ু হায়না ঐনা খাইদা হায়জরি।

ডাক্তর:—( হয়রওন্না ) হাঃ হাঃ, কুওাইদা ঠিকাদার বাবু, সঙ্গ তৌই, লৈবাক মচানি। হায়বৈ, তৌবিগদৌবমক্লি। মী-ওইবা ঐখোয় অসি পুকোক্তা শা-ওানি, এডুকেসনগী মওান্দগী হৌজিক ঐখোয়না মীওইদগী গুণ ওাকচদুনা মীওইরনা জীব পুম্মকী নিংথৌ ওইরিবনি। অদুনা, অকঃ কত্ত খওম্রবা তমথীরবা শাগী লমচৎ চৎলুরবসু জ্ঞান তা-বিরক্তুনা লাম্নে হায়বিরকপদি হেন্না গুণ চাউবিবনি, অচোপ্পা নত্তে।

করে, ঠিকাদার বাবুগী ওাপিনিওক ( পুক্লিং ) দি খঙজরে। (য়েংলক্তুনা) আ, নিপাররোমগী বীরসিংহ বাবুগা বাখল্ল করি? চিংনরনা অদুক হায়দোকাশিরকত্তে।

বীরসিংহ:—( মরু লুকথনা মুন্না তারগ্গদগী ) হাঃ হাঃ, অত্তকপনি

মপুগী থৌরাং। ঈশ্বর নহাকী খুজিল থৌরাং অসিদি ওম্মোক্লা হেক মঙকন্নে।

( য়েংহুনা ) ডাক্তর বাবু! ননাই ঐস্মু য়াজৈ, মহাত্মা গান্ধীজীগী অহিংসা নীতিবু মতম খুদিংদা ঙাক্লা চৎচৈ, ধর্ম্মদা ঐ গান্ধীজম ধর্ম্ম চৎচৈ। অদুদা, ঐখোয়না মীচম- নিনা ইচামক হেক হাৎকে হোৎনবিরম্বা অদুদা থরখিং য়ারৌজরুই।

লায়রবা ঐগী ইফমদস্মু ইচা অসি অতাওবনি, মণিনিং; মহাক মরোনদোমদা পোকচবনি। অদুনা, মহাক্না কায়নবা ওমলোইদবনা ঐদি নহাম্না য়াহুনা লৈজরে হায়বমক য়াই।

ডাক্তর :— ( হরাওনা ) ভেরী গুড! ঐ য়াম্না মুংঙাইজরে, ঐগী নীংবা আশা থুংলে।

কেশব :— ( হোৎচিন্দুনা থুরুম্বা ) যুবরাজ। মতম খুদিংদা লাঞ্জদে বীরসিংহ।

বীরসিংহ :— হৌগৎলো হৌগৎলো ঠিকাদার বাবু। ঐস্মু ভক্তি তৌজরি। ( ভক্তি উৎলি ) অদুগা, পাবুং মহারাজনা ইম্মোক- পিরম্বা লোইমচা লোয়য়া লমজা, চীংখোঙ-চীংয়াদা তাবা ঐঙোন্দা যুবরাজ হায়বা য়েক্লবা মিংথোল অদু মতুংদি থক পনবিরকম্মু, নাকোংসি কায়খিগদোই, আত্মা তনিক তনিকই।

( মথুৎ নামনা থম্মোই কোল্লি, নামম্না মনা মেল্লি )

কেশব :— ফরে, থঙজদহুনা তৌবান, মতুং থক হায়জররোই, মতম কয়া কুইবা ফাওবা—লোয়রান লমজা বারাসংহনা

নিংথৌ খুভম ফংহনা উত্তমপুর দেশতা পান্ত্রিবা ফাওবা!

( নীংঙমদবা অশাওবনা খ্মহৎল্লে )

ঐগী লৈরিবা সম্পত্তি, মতম কুইনা ঠিকা তৌহনা তাল্লবা লুপা লাক-ক্রোরশিং অসি শীজিন্নহনা ভারত-সরকারদা আপিল তৌহনা নিংথৌ খুভম ফংনবা তানগনি। প্রজা মীয়ামস্ থোমগংকনি! লোয়রান লমজা বীরসিংহবু হৌজিক ফাওবা প্রজাশিংনা নীংঙমদনা শোন্নরি।

ডাক্তর :— ( হরাওনা ) মতুমক তৌগদৌবনি! ঐখোয়স্ বীর-সিংহগী মাচঙদা লেপকনি।

বীরসিংহ :— ( হরাওনা ) মুংশিদা ঠিকাদার বাবু, পাবুং মহা-রাজগী শাপকী বর অত্ লেম্মমক থুংলসি।

( মপাম্বোম থাঙ্গত্তুনা )

চঙলকউ লাও, কোন্নসি, মতম কুইনা তৎন-থানদনবা।

কেশব :— ( হরাওনা মপাম্বোম থাঙ্গত্তুনা চঙশিল্লকই ) মুংঙাইরে, ঐগী নীংবা আশা থুংলে; কোন্নসি পেন্না মরুপ।

( মখোয় অসি হরাওনা চেজেৎ কোন্নরে )

ময়াম :— ( হৌগত্তুনা মথুৎ থাঙ্গৎলি ) মুংঙাইরে মুংঙাইরে। বীরসিংহগী জয়! রেখা-শান্তিগী জয়!

( ময়ামগী মতৌ উবদা রেখা-শান্তিস্ হন্নাওই )

---

৫শুবা উৎপা

# সহরগী লক্ষ্মী

## ( রাজ পথ )

## ( ২—৫ )

### মতম নুংখিল পোবোপ

( মুমিং থরগী মতুংদা শান্তিকুমার ফরহনা কেশব ঠিকাদারগী ময়ুমদা পুথল্লে! হন্নিশুবা মুমিত্তা কেশবগী শূমাঙমক্তদা য়াম্না চাউনা রেখা-শান্তিগী শুভ বিবাহ তৌল্লে। ঠিকাদারগী অচৌবা ইংখোল অহু তংখায় অমা বীরসিংহগী মিংদা নামা পানবিহনা ময়ুম-মকৈ শানবা হোৎনল্লে। মহুগী থরচ পুম্বা ঠিকাদারনা পুথোকক্তুনা হোৎনরিবা থৌরাং পুম্বা অহু মরী-মতা ওইরবা মখোয়গা কায়নদনবা অহুগা মচানুপীবুস্থু ময়ুমদা লৈবগুম্না অহুম লৈমিন্নবা হোৎরিবনি।

থা অহুম-মরিরোম শুরকপদা ময়ুম-মকৈনচিংবা শাবা লোই-রহনা বীরসিংহ মচা-মমোগা লোয়ননা অহনবা ময়ুম শঙ্গাহনা হোংজিনল্লে। মকু-মমাক, মমা-মচা মখোয়গী প্রেম অস্থুক য়াম্না কনগ্রিবা অসি বাৎসল্য প্রেমগী থৌরীনা পুনখিবদগীনি। মখোয় ময়ামগী চাকশঙদি পুন্না অমত্তা ওইহনা অয়ুক-মুমিদাং মতম পুম্বদা পুন্না চামিন-থকমিন্নৈ। অসিগুম্বা কেশব ঠিকাদারগী থুজিল থৌরাং অসি থাগৎমীংঙাইদ্রি।

লোয়রান লমজা বীরসিংহ অমসুং কেশব ঠিকাদার অনিনা মন্ত্রনা তৌনা অকুপ্পা ব্রা ত্তানরহুনা মখোয়গী শাগে-নাতে অমসুং মরূপ-মপাং কয়া কয়াগী মতেঙ লৌহুনা লৈবাক-প্রজাশিং খোম-গৎলগা মতুং থা মঙারোম গুরকপদা লৈবাকী আন্দোলন তৌহুনা নিংথৌ পদবী ফংননবা দাবী তৌরক্লে। কালু সেনাপতি, চন্দ্র-সেন মহারাজ অমসুং মমাশিংজনা অচানবা অঙম-অথৌশিংগী মতেঙ লৌহুনসু সমুদ্রগী ঈথক-ঈরাওখোলগুম্না তাংথক নাইদনা হৌরক্লিবা লৈবাকী অচৌবা আন্দোলন অহু থিংবা ঙমখিদ্রে। অইবা প্লে কার্ড অমসুং পোষ্টরনচিংবা পায়হুনা স্লোগান লাউর লাউরহুনা সহর অমসুং বস্তিগী মফম খুদিং শীনবা থুংনা লৈবাক-প্রজাশিংগী প্রোসেসন চৎলক্লে। অচুম্বা দাবীগী মরোল ইবা দরথাস্তসু উত্তমপুর কোংগ্রেশ সরকারগী অমসুং ভারত সরকারগী মফমদা থাক্লে।

অহুবু, লিলা অসিদা উৎলিবা মীশিংদি :— হরিজন নিপ অমা, খৃষ্টান অমা, মুশলিম অমা, রেখা-শাস্তি, রেখাগী মমা-মপা, লালু অমসুং অতৈ মী খরদনা অহুম য়াগনি।)

মীয়ামশিংগী প্রোসেসন :—

লাউরিবা স্লোগান

(১) চন্দ্রসেন মহারাজ — লৌথোকউ। লৌথোকউ।
(২) নিংথৌ খুভম — ফংকম থোক্কে।
ফংকম থোক্কে।

(৩) প্রজা ঐখোয়না — পামজদে ! সুকপাম পামদে !
(৪) বীরসিং যুবরাজ — লানখিদে ! লানখিদে !
(৫) মাবু নিংখৌ — হাপকদোবনি ! হাপকদোবনি !

( অসুম্না শ্লোগান লাউর লাউরদুনা প্রোসেসন চঙ-লকই । মথুন্তা লারৈ মওং মান্না টিননা শাবা স্পীকর অমা পায়দুনা অরাউবা মীনা মরক মরক্তা মথাগী মরোল-শিংসি লাউনা ওাওই । )

অরাউবা মী :— হাল্লো ! এটেন্সন প্লিজ ! উত্তমপুর দেশকী কোংগ্রেশ সরকার অমসুং ভারত-সরকারগী মফমদা প্রজা ঐখোয় পুন্নমক্না অমত্তা ওইবা খোঞ্জেল্লা লীচিং অমত্তা ওইনা মাইকী থোওদা শেংদোকচার অমসুং হায়জরি । মদুদি :—

হৌজিক পাল্লিবা উত্তমপুর দেশকী চন্দ্রসেন মহারাজ অসি রাজ-পদবী ফংফম সুকখোক থোক্তে । মরমদি :— মহাক অসি স্বর্গীয় রঘুনাথ মহারাজগী মহারাণী অতোনবী রুপবতি হায়বী অদুনা পোকপনি । স্বর্গীয় মপাবুং মহা-রাজনা অহল মতম ওইশিল্লক্রবদা পুকচেল ফত্রবী অমসুং মিহৌ-কারাম চাউরবী মহারাণী, হৌজিক্তি মমা শিজ ওইরিবী অসিনা মবুক ফত্রবা হৌজিকমক সেনাপতি ওই-রিবা কালু সেনাপতিগা মন্ত্রনা তৌদুনা নত্ত-নত্তবা মরাল পীশিন্দুনা যুবরাজ বীরসিংহবু মপাবুং মহারাজনা হরিজন খুজংদা লোই থাখিবনি । অদুগুম্বা কু-নীতি অদু প্রজাশিংনা

খওলবা অমসুং য়ানীংগ্রবা কাওবা মতম অচুমদি ভারতনা গনতন্ত্র চৎপা নীংতম্বা লৈব্রাক ওইদবা ব্রিটিশ সরকারগী মখাদা লৈরম্বনা, অদুগা নিংথৌগী অমসুং শাসন পায়বা অওম্বশিংগী মথক্তা প্রজাশিংনা য়া ওাওবা ওমলমদবনা, প্রজা ঐখোয়গী অপাম্বা অমম্ভুং অচুম্বা পুক্নিংগী ম্নারমশিং ফোঙদোকুবগী গন্তি লৈখিদে।

হৌজিক্তি ভারত স্বরাজ ফংখিবা চহি তরুকলোম কারক্লে, অদুনা ধর্ম্ম-বিচার তৌবিদুনা বীরসিংহ যুবরাজগী মথক্তা শীখিবা মরাল লৌথোকপিদুনা নিংথৌ খুভম দাবী তৌজরিবা অসি ফংহনবিনবা প্রজাশিংনসু উত্তমপুর কোংগ্রেশ সরকার অমসুং ভারত-সরকারগী মফমদা হায়জরি।

শ্লোগান অমুক লাউরক্লে :—

(১) পাল্লিবা নিংথৌ — মীনম্বনি। মীনম্বনি।

(২) মাবু মফম — লৌথোকদৌবনি। লৌথোকউ।

(৩) বীরসিংহ যুবরাজ — কৌখৎলু। লৌখৎলু।

(৪) মহাকপু নিংথৌ — হাপকদৌবনি। হাপকদৌবনি।

(৫) প্রজা ঐখোয়গী — য়াকৎনি। দাবীনি।

৬শুবা উৎপা

# কোনুং

## ( ২—৬ )

### গতম নুংথিল

( বীরসিংহ যুবরাজ অমসুং প্রজাশিংগী দাবী অহুদগী মরমদা মতিক চাবা কেশ লৌখত্নুনা বিচার থা থরগী মতু'দা তৌরে। উত্তমপুর কোংগ্রেশ সরকারনা তৌবা বিচারদা বীরসিংহ যুবরাজনা চুমহনা নিংথৌ খুত্তম ফংবা তারে। অসিগুম্বা উত্তমপুর সরকারগী বিচারগী রায় অহু ভারত-সরকারনসু য়াবিরক্লহনা মনাও নিপা চন্দ্রসেন মহারাজবু লৌথোক্লগা ময়াম্বা বীরসিংহবু নিংথৌ হাপরে।

সাবিত্রীবু মহারাণী, শান্তিকুমারবু যুবরাজ অমসুং রেখাবু মমৌ ইবেম্মা হাপরে। কালু সেনাপতি, মমাশিজ অমসুং মফম তারবা চন্দ্রসেন নিংথৌ অহু প্রজাশিংগী মিৎয়েং থাওবা ওমজদহনা মরৈবাক উত্তমপুর দেশ থাদোক্লুনা বিদেশতা খোঙদাখি।

হৌজিক অয়োইবা সিন অসিদা উৎলিবা অসি বীরসিংহনা নিংথৌ খুত্তম কংহনা রাজ-সিংহাসন কাবগী অহানবা হুমিৎনি। লৈবাক-প্রজা অমসুং অঙম-অথৌ কয়া কয়াসু য়াওই। অহুবু লিলা অসিদা উৎলিবা মীশিংদি :—

হিন্দুগী মীশিংদা বীরসিংহ, সাবিত্রী, রেখা-শান্তি, কেশব ঠিকাদার অমস্তুং মাগী মুপী বাসল্তিনি। মখোয় অহু নত্তবা হরিজন অমা, খৃষ্টান অমা, মুশলমান নিপা অমা, অঙম-অথৌ খরস্তু য়াওই।

সিন হেক হাইদোকপদা তিনগদৌবা মীয়াম পুম্বা লোইনা ফমহুনা লৈরমই। রাজ-সিংহাসনস্তু মফম চানা থাহুনা লৈরমই। ওাইহাকী মতুংদা বীরসিংহ মহারাজনা রাজবেশ শেত্তুনা সাবিত্রী মহারাণী, যুবরাজ শান্তিকুমার অমস্তুং মমৌ ইবেম্মনা তুং ইন্নরহুনা লেঙথোরকই। মখোয়না হেক চঙলক্তুনা মফম মফম চানা লৈত্রিবা ফাওবা নিংথৌ লেঙশিল্লকপদা ওকপা ব্যবহার অমস্তুং শলামিনচিংবা কত্তুনা লৈবাক-প্রজা পুম্বা লৈনৈ। নিংথৌনা সিংহাসনদা হেক লেঙশিনখিহুনা ফমখিবগা ময়ামস্তু ফমথৈ।

মিকুপ খরগী মতুংদা শাথেক হৈরবী জগোই শাবী অমনা জগোই শাহুনা হরাও-তয়াম উৎলি। জগোই শাবী মতমগা চুনরবা ফিজেৎনা লৈতেংহুনা ঈশৈ শক্তুনা ডান্স শাগনি। জগোই হেক লোইবগা বীরসিংহ মহারাজনা হায়রকই।)

বীরসিংহ মহারাজ :—( সিংহাসনদগী কুমথহুনা লেপ্লগা ) অঙম-অথৌ অমস্তুং প্রজাশিংদা ঐনা ভক্তি তৌজরি। ( মখুং লোয়হুনা মঙক নোল্লি ) ঐনা হৌজিক নিংথৌ খুভম ফংজরিবা অসি অঙম-অথৌ প্রজাশিং অমস্তুং মকু ইবুংঙো কেশব বাবুগী থৌজাল্দনীনি। পুল্লিগী ঐনা লমন তোল্লবনি অমস্তুং তৌবিমন থওবা উচ্চরি। অহুগা, জান্দবনা জয় ওই,

বের্ম্মনা অথর্মবু মায়থীবা শীবা ক্রমই হাম্নবা অহু হন্দকী ঐগী শোদোক অসিনা অয়াঝা থুদমনি। অমুকসু শঙ্হনা য়েংবিয়ু:—মপা-মপাগী বর নত্রগা শাপতি লেয়া থক মাঙবা লৈখিদ্রে। লাঙদবা ঐনা স্বর্গীয় পাবুং মহারাজগী বরগী মহৈনা রাজপদবী ফংজরে, অহুগা লাল্লবা কালু সেনাপতি অমসুং ইমা শিজনা ইনাও ইবুংভো কম তারবা চন্দ্রসেনগা লোয়ননা ইরৈবাক থাদোক্কনা বিদেশতা থোঙশানগ্রে। তৌবদি ইনাও ইবুংভোদি অভাং-নারানি, করিসু থঙজদবনি; অহুবু ইমাশিজগী দষতগী লাঙদবা ইনাওসু লাম্নংগ্রে। মহুগীদমকসু ঐনা মুংঙাইতবা কোঙদোকচরি।

হৌজিক ঐ রাজ-শক্তি পায়জদবা পেন্সিন চাবা অচম্বা নিংথৌনি, অহুবু মতম খিবিক্তা ইরৈবাক অমসুং প্রজা-শিংগী মঙ্গল ওইনবা, অমদি ভারত-মাতাগী য়াইফনবা নীংহুনা লৈজরি।

ঐনা প্রজাশিংদা নীংশিংজরিবা থোইদোকপা মরম অমদি—ইলেক্সন থুদিংদা মহৈগী শুণনা লৈতেংবা, লমচং-শাজং চুম্বা অমসুং ধর্ম্ম ভারা চংপা মীশিংনা প্রজাশিংগী মহুং-মরেং শিন্নবা কোঙদেট ওইনা চোংথোকপিহুনা ভোট লেপ্পিয়ু। অহুগুম্বা মীশিংনা ভোট কাহুনা লৈবাক শাসনগী ভার লৌবিরগদা ইরৈবাক-প্রজাশিং মুংঙাইহুনা ভারত চাওখৎকনি, নত্রবদি হেন্না অন্নাবা নংগনি।

অরোইবদা ঐনা হায়জরি। মহুদি :—ঐখোয় ময়ামগী অপূনবা খোঙ্হোক্লা বাপুজীগী লাইশোল ঈশৈ শকসি।

ময়াম :— য়াম্না ফগনি ঐঋুং ইবুংঙো।

( সাবিত্রীনা ঈশৈ হল্লগা ময়াম্না খুমহনা লাইশোন ঈশৈ শকই। মতাঙ অসিদা শক্লিবা মখোয়দা নত্তনা লিলা য়েংলিবা ভাবক পূম্বস্থু লোইনা লেপথৎকনি। )

## লাইশোন ঈশৈ

রঘুপতি রাঘব রাজারাম পতিত পাবন সিতারাম
ঈশ্বর আল্লাহ তেরেনাম সবক সম্মতি দে ভগবান।

---

## লোইরবা